# পাচা

## না তাথীবা

## অহল অমা

(১৯৬৭)




দি পাচ পাব্লীকেসন্স

সেগা-লখী, থোদাভাবোক লৈকাই

ইম্ফাল, মনিপুর, ৭৯৫০০১

---

লাইরিক ফংফম

সৈত্য বুক হাউস

লক্ষ্মী বাজার, ইম্ফাল, মনিপুর—৭৯৫০০১

খংহুঞ্জবা; লাইরিক অসিদা য়াওরিবা, লাইরিক অসিগী রাহৈ-রাতা অমদি শীজিন্নরিবা শক্তমশিংগী মওং মতৌ লৌহুনা কবিগুম্বা পাম্বৈনা রেদিও, টি, ভি, তেপ রেকোর্দীং, ফোটো কোপী অমদি এলেক্ট্রোনিক্স অমসুং মেকানিকেলগী পাম্বৈনা লাইরিক অসিবু পুথাকপিদনবা মীয়ামদা নিংশিংজবি। কনাগুম্বনা লাইরিক অসিগী মরমদা তঙাইফদবা থৌরম লৈবদগী থৌদাং য়বানিংবা লৈবগদি লাইরিক অসিগী থৌবু ওইরিবা মাচা ইবুংঙোমচা মীতৈ, দি পাচ পাব্লীকেসন্স সেগা-লম্বী, থোদাভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল-৭৯৫০০১ দা লৈবদা তানবীরনবা অমদী মরী লৈনবা হীরমদা শীজীন্নবা য়ানবগী অয়াবা লৌবীনবা খংহঞ্জরী।

থৌবু ওইরিবগী অয়াবা য়াওদনা কন্নাগুম্বনা লান্না শীজীন্নবীদনবগী অথিংবা থমজরি।

অহানবা ফোংবা—১৯৬৯—ইম্ফাল

মশিং—১১০০

অনীশুবা ফোংবা—১৯৮২—ইম্ফাল

মশিং—১১০০

অহুমশুবা ফোংবা—১৯৯৪—ইম্ফাল

মশিং—১১০০

ফোংজবা 32 ·1·

দি পাচ পাব্লীকেসন্স
সেগা-লম্বী, থোদাভাবোক লৈকাই,
ইম্ফাল, মনিপুর—৭৯৫০০১,
ইন্দিয়া



উৎসর্গ

অইবগী হক পুহুনা লৈরিবা মাচা ইবুংঙোমাচা মীতৈ

লাইরিক অসি এম, এস, কে, আর প্রিন্তিং প্রেস, ইম্ফালদা মহুংগী ময়েক মথৈ নম্লগা, গ্রাফিক প্রোসেসর, কোংবদা মখুম নমহুনা, পুথোকচবনি।

# ৱাহৈ খরা

নোঙ্গা য়াকুমথ্রবা "লোইতোংবম পাচা মীতৈ" ঈপা ইবুংঙোনা ইবিরম্বা, অমদি মশা লৈরিঙৈদা খুৎনম অনিরক নমজহুনা ফোংদোকখ্রবা লাইরিক "না তাথীবা অহল অমা" হায়বসি হন্দক খৃঃ কুঃ ১৯৯৪ দা ইপা ইবুংঙোনা লৈখিদ্রবা তুং অহুমশুবা ওইনা অমুক নমজহুনা মীয়ামদা হন্ন খুদোল তমজরী।

তশেংন, মনিপুরগুম্বা পিকথ্রবা, মীশিংস্মু য়ামজদ া, শেন-থুমগী ফিভমস্ম য়াম্না মওং চাদনা লৈরিবা ইরৈবাক অসিদা, অসিগুম্বা লাইরিক অসি লৈরকপা ইরৈবাকসিগী লাইবক ফবনি। অহুবু অরাবদি, লাইরিক অমা ফোংদোকপা হায়বসি ওন্থোক্লা ৱাথ্রবা খোংজং নত্রগা অচৌবা লানথেং অমা ওইন লৈরি। লাইবক ফবা হায়জনিংই, কৈথেলদা লাইরিক অসি ফংগ্রবদা, অইবগী য়ুমদা লৈরমগনী হায়বগী থাজবদা তোয়না তোয়না লাকপিহুনা হংলরখি। মীয়ামগী মতেংদি পাংজনিং, লাইরিকসি পুথোক্লনা শেমদি লৈজদা, লৈরিঙৈ, পুকচেল চাওরবা ইয়াম্বা "চম্নবম ইবুংঙোচৌবা (সৈন্য বুক হাউসবী মপু)" না চে অমস্তুং নম্বদা চংলিবা শেন পুম্বা পুথোকপিহুনা হন্দক পুথোকচব ওল্লীবনি। পুকচেল চাওরবা অমদি মীনুংশি লৈরবা ইয়াম্ববু ইশ্বরগী মফমদা য়ায়ফ মঙ্গল পীনবীনবা তোঙ্জবনা মপুকাদা থৌনিজরি—'তাইবং মপুনা থৌজানবীয়ু, পুন্সি নুংশাংবা, য়ায়ফ নুংঙাইব পিন্নবীয়ু।'

অহুগা অতেনবা মতমদা, লাইরিক অসিবু নম্বগী, শেম শাবগী থোদাং লৌবীরিবা শ্রীকুমার সিংহ (এম, এস, কে, আর, প্রিন্টিং প্রেসকী মপু) অমস্তুং মথুমবু মশক ফজনবা, নাম্না নম্বীহুনা লাইরিক-সিবু পুথোকপদা তেংবাংবিরিবা গ্রাফিক প্রোসেসর, কোংববুস্ম থাগৎচরি, ইকাই খুম্নজবা উংচবগা লোয়নন্না তাইবং মপুগী মফমদা থৌনিজরি—'য়ায়ফবা পিনবিয়ু'

তাং ১-অগষ্ট ১৯৯৪ ইং, মীয়ামগী

ইম্ফাল মাচা ইবুংঙোমাচা মীতৈ

ইপা ঈবুং'ঙো, লোইতোংবম মধুমঙ্গোল, অ'পোকপা, নহাক অমুক্তগা লাক'খো। পাও ভস্তুনা চৈঙ্খ্রে, থক ক্লাক্কে! মরমসিদগী, পাওজেন-পাও'জেন থক ঙসীদী, লৈত-খু'দোন 'সিমগু কংচৈ— নকাদা।

পিদোন্নজ'হৌঙে নহু—

পাচা

( ১ )

ঐগীন্সু থম্মোঙ্গীগী মৈচাক কয়া অমা লৈখি। ঈমীংকী পি, অথেংবা অয়ুক্কী লীক্লাগুম, অরেম অপাননা কয়া অমা শীন্থখি, ঙসীদি. লেল্লরিবা ঈতৌসিদা, কনা অমনবু থাজর-গদগে? মতম, হৌখিসন্নু. অতুগা পুন্সিগী খোংলৈনবা মনাং—পুন্সি লোমখিসন্নু, অতুবু থম্মোঙ্গীদগী মৈচাক অসীতংদি—মতমতুবু ফাওবা কোক্তবা ওইহনবিসন্নু। ঐহাক মৈচাক পাম্মী। চাকসন্নু অতুগা পুন্সী কেমসন্নু।—ঐনা ঈতোমতা থনখী।

"হলো, হলো, ফ্রেন্দ" অতুগা "হে লিদর"

খোঞ্জেলতুনা, লেপ্তুনা, মথং মথং কৌরকই ! সনা কৈথে-লদা, চীংগুম নত্তরগা ঈমায়গুম পৈরিবা, হুমিদাংরাইগী মশীং থীঙমদনা যাম্নবা লৈবাক মীয়ামগী মীরক্তু শরীৎ শরা য়াম্ন হৈনা খায়রকপগুম লেপ্পা লৈত্রবা খোঞ্জেলতুনা ঐগী নাকোংদা য়াম্না হাথু হাথু, হন্না হন্না য়ৈনরখী। ঐঙোন্দরা ? অতুগা কনানা কনাগী মফমদা কৌরিবা ? ঐহাক খংখিদে। ঐহাক হান্নগী হান্নগুম খোং তপ্পা তপ্পা থাঙতুনা, রাখল খন্ন খন্ন অতুম্মক চংখি।

মমল য়াম্নবা মফম অমদা ঐগী খোংথাংনা ঙসিদি ঈনীং তৌনা নেত্তুনা চৎপা ফঙলি। মীওইবগী রাখল হায়বসিমক্তবু মহৌশানা মনীং তম্নগল্লি, অতুগা নোংথাংগুম্ন মখোংগী খোংথাং য়াম্ন থুই। ঈখোংনা নেৎলিবা মফমসিগী মরমদা খল্লুরগা তোম্থ-রবা থম্মোঈ লাকান্নুংসিদা নাপলগী তনৌ-তনৌরবা ময়োল অমা চোঙখৎলকলি। তেংবানবা অসিগী ময়া থৌরবা থাংগী মপৈ মপৈনা হন্না হন্না য়ান্থৎনরতুনশু খম্বা লৈতনা চোঙখত্তুনদা লৈর-গদবা নাপলগী ময়োন অমা থম্মোঈ লাকান্নুংশিদা চোঙখৎ-লকলি।

মতম অমা

কুইপ্রবা,—য়াম্না কুইপ্রবা, অতুগা মীরোন কয়া হৌপ্রবা মতম অমা। মতম তুগী মমলবু ঙসি য়াই থারবা, নত্রগস্থু থমায়প্রবা নীঙোল মরাদগীস্থু হেন্না থৌনা য়াওনদ্রবা মীয়ামগী মরকসিদা পোক্লরবা ঐগুম্বনা অসিনি' হায়না মমল লেপ্প ঙমফম থোকপ্রা ?

য়াম্না মমল য়ামগ্রবা মতম অমনী। মতমহুদা মৈতৈ নিংথৌনা খাগীশিংবু মায়থীবা পীখিবনী। খাগী লৈবাক্কী নিংথৌ, মশাদা পক্লস্না নাপল পুন্না কোরৌ মৈশালক উনগুম মাংখিহুনা মৈতৈ নিংথৌগী সানাথুয়া খা মকোক নোনখিবনি। মকোক নোনখিবনি। য়েক্ল মাং মকোক নোনগ্রবা নিংথৌদি! তোক্লো! অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরস্থু থরায় মাংগনি কিখিবনা থরায় থরায়তবু হিঙ-লবদি খন্ন লানফমদা মায়থীরবা মনিংথৌ অমদি পোক্লফম লমদম মরৈবাকপু হুন্দোকলমহুনা মৈতৈ নিংথৌ'সনা খুয়াখা চংজফম নিজরবা খাগীগী লৈবাক মীয়াম'হু! মখোয়না মথরায় মথরায়গী লোইপোং লোইকংনজবগুম থরায়-হকচাং য়াওনা, সনা-পুক্লিং পেম্নবা শেম শাহুনা চৎনখীবা লমচৎশিঙহু! কিগনবা, য়াম্ন মুপা থোক্লবা লমচৎশিঙহু! থরায়বু কঞ্জনীংবতনা, মরৈবাকপু হন্নশু য়েঙনখিদ্রবা! ঈচীনসিনশু পঞ্জনীংদে ঐদী —। অশুক কিগনবা মীওইবা কাংবুসিগী ৱারী।

মতম অমস্থু তেখাও নিংথৌ'ও! ঈকায়বনা শিগনি ঐদী, মঙক্ত ফি য়েৎহুনা লৈবাকসিগী লৈমায়দা খুরুখুদক খুরুমখিবনী। মতম অমস্থু, অহুগা মতম অমস্থ—।

অসিগুম্বা মীওইবা কাংবু কয়া কয়ানা মকোক নোম্নখিবা, থৌনা লৈবা মীওইশিংগী তাংলবা হকচাংগী ঈ মরীক মরীক্ল থোনখিবা নত্তরা—ঙসী ঐগী ঈরৈবাক!

অসিগুম্বা লমদমসিদা, অসিগুম্বা মফমসিদা, ঙসীদি ঈখোংনা নেৎহুনা হন্ন হন্ন চৎচবা ফঙলরবা।

লৈবাকসিদা পোকচবা ! ঐবু করম্বা থৌজান লৈরবা মপোক্কো ?

"হেলো ।

লিদর !

হে, ! মাই লিদর ।" ( খোঙ্জেন্দুনা কৌরকই )

মাই লিদর ! কনানা কনা অমদা অশুম কৌনরাই ! ঐহাক্ক চিঙনন', খোংথাং চপ লেপই । য়োঙ জগোই শাহনলিবা মুপাহ্নগী মখূৎনা নীকলিবা খোইরু তোপ্পা পুং মচা অহ্নগী ত্রোং-ত্রোং লাওবা পুংথীনগী খোঙ্জেলহ্ন ঐনা য়াম্ন থাপ্ন খৎতোকই, তানীংদে, অহ্নগা পুন্সিগী হৌখিবা মশকপু হেক নীংশংবা ঙমহল্লরিবা খোঙ্জেলহ্নতং লৌশন্নবা হোৎনখী । খোংথাং লেপই । চিঙননা মায় লৈথোকলুই । ঈনাক মক্তদা নোকমি নোকমি, মানা, অঙৌবা ফিঙৌ অমা লেংহুম নানা ইল্লহ্নবা ঐগী হকচাং শোক্কে হায়রবতং খাক্ক য়াম্ন নক্ক তুমীন লেপলম্বহ্ন থেঙনৈ ।

"এ ! " ঐনা ঙক্ক, তপ্প কৌই "এ ! অঙৌ !"

"হাও" মহাক্ক খুমলকই "হাওনে ! কদোমদনো নংবু ?"

"শুম চৎকে" মায়থোংহ্নদা ঐ, মুন্না য়েঙই "নহাক্কী কদোমদা"

মহাক্ক ঐগী পাওখুমগীদমক থোইদোক্ক থৌশাদনা, নোকমি নোকমি ঙহাক তুমীন খম্বক্করগা হায়রকই—

"চা থকলুসি মক্কপ ।"

ঐ খংই মতম অসি মা অমম্বুং ঐগী চা থকপা মতমহ্ন য়ৌরক্লে । চা থকপা মতম ! ঙসি ঙরাংগী রা নত্তরে । পুন্সিগী য়াম্ন ঙনবা, অঙনবা মতমগী রানী । মহাক্ক অসিগুম্বা পুন্সিগী

লৈওনলকতৈঙ তমথীবা ফীভমহুনা রাখল চোইদ্রিভৈ, মহাক, ঐহাক, মুতি মুমীৎ খুদিংগী অসিগুম্বা মফমসিদা অসিগুম্বা মতমসিদা থেঙনরম্মী, অহুগা মহাক ঐহাক পুন্না মুমিদাংরাইরমগী চা থকমীন্নে। মত্তমহুগী ওইনা মা-ঐ ঐখোয় অনীগী চা থকপগী মতম অমা লৈখী—"মুমিদাঙরাইরমদগী খরতং লৈথরকপা সনা-কৈথেন্দা মচু মচুগী ওইবা অঙানবা মৈঙানশিং থানগৎলকপা অহুগা অতিয়াদা থরানমিচাকী লিঙজেন মান্নবা কাংবুনা অহাংবা লৈতনা লৈতেঙনরকপা। ঙসীগু, য়াম্ন কুইরবা মতমগী মতুং, মফমসিমক্তদা মহাক ঐহাক খংহৌদনা থেঙনরী। সনা কৈথেনদা, কোরৌহনবা চায়থখিতৈ অমম্বা কোক্লবা মচু মচুগী মৈঙান থানগৎনরকলি। মীয়াম নিল্লরি। অতিয়াদা, লিঙজেন মান্ননা, থরানমিচাকসিঙনা লৈতেঙলী। খেন্নরিবা হায়ববু "হেলো" "ফ্রেণ্ড" অহুগা "মাই লিদর" মিঙ্গৌ খরতঙসিনি।

মহাক অফা-অপুন্নবা ঙমদনা ঙাওবমক্তি নত্তরি। ঙাংনীংবা খরতং মনীং মখা তম্ন ঙাংথোকপা, অকিবা মচা মচাশিঙনা মঙোন্দা শোকঙম থেংঙম্নদবা অসিতনি। ঐখোয় মীওইবশিংগী থম্মোঈ থম্মোঈমুঙদা রাখন কয়া মীকুপ হাংদনা, লৈনৈ-ফোংদোকপা য়াবা অহুগা ফোংদোকপা য়াদবা, চৎনহৈদবা চৎনহৈবা, অহুগা রাফম রাফমশীংহুগী মফম অমম্বং মতম, মঙোন্দদী, ফোংদোকপা য়াদবা ফোংদোকপা য়াবা, চৎনহৈবা চৎনহৈদবা অহুগা চানবা মফম অমম্বং মতম, করিম্ভু খায়রক্তরে। মসিতনী মফমদা মপুন্সিগী অশোয়বা হায়বহু ওইহুনা লৈরিবা।

মহাক্ন অঙৌবা ফিতু লেঙহাইগৎলুরগা হায়রকই—

"চা থকপসি, হা ? মতম খরতং ৱাৎলিমালেদা ?"

"ৱাৎলি দনা ।" ঐহাক তেন্ন খুমই ।

মৱাহৈসি তারগা—খংহৌদনা, ঐগী থম্মোঈনুঙদা থুক লাউথি। মচিন তুম্নবা নৌথ-চৈনা অমা থম্মোয়মুঙদা খঙহৌদনা ফাওরকই। চৈনাত্নুনা, ঐহাক ঈশাবু খংহন্দনা ঐগী ঈমিং মীৎলুদা য়ৈরম্মী, অতুগা চীক্ল-চায়না ঙমদনা কুংলবা ( মতমত্ন খ্রষ্ট মাসকী মতম, পোইম্নু থা লোইরমদাই ওইরম্মী। মতমসিদা খৃস্তান ওন্নগ্রবা মৈত্রবাক্কী চৈংগী অমস্নুং তময়াগী লৈবাক মচাশিংগী খ্বায়দগী হরাওনবা মতম নি ) মীয়াম-লন্তু, য়াম্ন কীগনবা মতৌ, ঐগী মীৎলুগী পিতু শীন্থখি। মীওইবগী মনাৎ ওইরমাঞ্রে।

মতমতু—নীংশংলকই। থোকখিবা মতমতুদগী নীংশংলকপা অসিনা হেল্লে মীৎনা তরঙ তরঙ উঙমলকপা। মা, অতুগা ঐ, ঐখোয়'নীনা মতমতুদা সনা-কৈথেনগী মচী মরুম শীন্ন কোয়না কোয়না চৎমিন্নখি। য়াম্নবা মীয়ামগী অতুগা মীওইবশিংগী পুক্নিংগী কুম্মৈশিংতু য়েংমিন্নখি। সনা-কৈথেনগী নীংথীবা শক্তম, সনা-কৈথেনগী য়েঙহৈদবা শক্তম, শক্তমশিংগী মরমদা মা ঐ কুপ্না নৈনমিন্নখি মতমতু। শোয়রবা নত্তরগা য়েঙহৈ উহৈদ্রবা মৈত্রবাক্কী লৈঙাকলোনগী ( মতমতুগী লৈঙাক শক্তমতু ) মরমদা মা ঐ নৈনমিন্নখি। অথকপা অতুগা অঙাংবা অশংবা অঙানবা মৈঙান্না লৈতেঙনঙৈ, য়ুম্বান নৌখিঙৈ মঙানি মপাম খোংদারকপী, নৌনা মোখোম্নবতা ঙায়বনা শাইনোম্না নারুমথক তোলহাই-লিলহানজরীবী

নীঙানগুম মকে পুরবী, নিংথিজরবী, ঈমারৈবাক্কী সনা কৈথেনগী নীংথী শক্তমদা মা ঐ নৈনমীন্নথী য়াম্না নক্না (সনা কৈথেনগী মনুংদা) লোন্ন লোন্ন তাডুনা লৈরিবা য়েঙহৈদ্রবা, অমম্বা শরোঈ-শারৈবা-রুগীস্থু হেন্ন লৈখা তারবা মফমশিংগীদমকস্থু মা ঐ নৈনমিন্নথী। চানা থক্লবতা য়োঞ্জবা অচৌবা হোটেলশিঙনা মতীক মপা চাদনা, চারবগু, মরম চাদনা, মথক্তা অরোনবা কা থম্নরিবা অমস্থুং লোন্ন ফোন পুশিনন্নরিবশিংগী মরমদা । হঙ্গোইরবা ৱারীতু'তুদা মা ঐ পুন্না লৈঙাকলোনগী নত্তরগা মীওইবা কাংবুগী ওইবা পুন্দিগী হৌন লোনচৎকী. পথাপ কায়দনা নৈনমিন্নথী ।

মতমতু হৌখরে। ঐ খংই। মহাক অঙাওবা হায়বতু ওইতুনা লৈখরে। তেংবানবা অসি মহাক্কী ৱাথন্দ করিগু ওইনা খনখিদরমাল্লে। খল্লবদবু অসিগুম্বা ওন্ন তৈন্নবা মতৌ'সি মহাক চৎলমগদ্র ? অতুবু, মৱাহৈসি তারকঙৈ ঐহাক অঙকপগু ঙক্তবগু ইফমদগী মাংখি। মীৎকী পী তুমীন শীন্থজে—"ও! কুইরবগী তুং,—মহাক, মুঙশিবা, হৌখিঙৈ মা ঐগী মতমতুদী অকাওবা নাইদনা লৈরমল্লি। কয়াদা হকচন্ন থমলমল্লিবা! কয়াদা চান্ননা তিন্নরম্বা। অতুগা ওন্ন তৈনবা মতৌ ঙসীদি মাগুম্বা অমনা মরুপ হায়বা মিঙথোনতু ঈনৌ নৌনা পীররবা! কয়াদা তান্নগ্রবা মতৌ। ৱাফমশিংসিদা ঐহাক তশেঙনা থম্মোঈ অসি শোকখী। শোকই কদোগনি মহাক্কী মপুন্সিনা তায়োন্নখিঙৈ পুন্নমকসি করিগু উখিদ্রবনী। ঐনা তুমিন লোন্ন ঈপিতু তৈথোক্লগা নোকশিন্নরতুনা হায়—

"অঙৌ কৈথেল য়েঙলুখিসি।"

"হায়, য়েঙলুখিসি" মহাক্না খুমলকই "য়েঙলুখিসি! নং ঐগী তাউন প্লান্নীং'ত্থু!" অতুগা মহাক্না হরাওনা নোকই "হা-হা-হা"

"অত্তুদগীদী—মতমত্থু হৌখরে, ঙসীদী, অসি থোক্লে। ঐহাক রাবীরিয়ে—"মহাক্ন মখা তারকই "মতীক চাদবা সিচিযাদগত্থু—অতুগা রাঙাং থোক্কবা মনিপুরগী পোলিটিসিয়ানশিঙত্থু। মখোয় হুজীক্কীময়া কুম্মত্থুনা তুমীন তুমীন লৈনখ্রে। মতম্ন, মফম্ন, অতুগা মরৈবাক মচাশিঙনা, মীয়াম্না পুম্নমক্ক মায়খীবা পীত্থুনা মতীক চাবা, মরৈবাকপু ওৎলম্মত্থুগী লমন খুমখরে। অনৌবা মীশকশিঙ'সিনা ইমালৈবাকপু অমুক কমদৌনা ওৎ—নৈর'রগনি—? মত্থুদী মীৎ মমশন্নত্থুনা লৈনরি। কনাশু খংদে। নংশু খংদে। ঐশু খংদে। কনাশু খংদে। এনশাং য়োনবী হন্থুবীশিঙনা শোন্নরিবত্থুনি মরুপ 'হে সরকার ঈদুংঙো লাইনিকো' হা-হা হা-। সি মঙায়—। করিশু খংদে। কনানশু। হা ?" হঙলকই "নওরৌ ?"

ঐনা ঐগী কমফোক্তিত্থু ঈঙক্ক অনীরক্তং কোয়না য়েৎশল্লুরগা খুমই—

"হোয়—।

মমলি-মমলিবা মতমদা -হৈয়োনফমদা লেপ্পরিবা মীয়ামত্থুদা, মহাক্না মখোংগী খোংথাং চপ লেপ্পমথৈ মুন্ন য়েঙত্থুনা লৈখী। ঐশু! বস থাবা ঙাইনরিবা মীয়ামত্থুগী মরক্ত সনাগী খুজীনা য়েৎ-ওই, খুজেং অনীমকপু রাৎত-পাদা লৈতেঙলবী, খ্বাং য়ান্ন চেঙবী অতুগা ফীগেনা ফীবানশুপ্ন ফীরাক্নবী ওইগী, সনা খুজীনা

লৈতেঙলবী খুজেংথক খাও অমা য়ান্দুনা য়াম্ন চীং লেম্ন লেপ্লিবী কুচু ঙৌবী মৌনহাত্নদা মাস্নু, ঐস্নু, য়াম্ন হক্ক হক্ক য়েঙনরম্মী।

ঐনা হায়—

"অঙৌ' উরব্রা ?"

"হা-হা" নোকই "উরে। কুইরে।"

"মশক ফজে। ওস্থোক্ক তপখরেদা। ঈংন উখরেদা।"

"উং। মুঙশিখ্রে" মহাক্ক তম্বনা খুমলকই। "মুঙশিরুবদি য়াম্রে মরুপ, মুঙশিহৈদে। ঐ মুঙশিদে। নংবু উহৌবদায় —?"

"করিবু ?"

"অসিগুম্বী অমখক, লৈরক রাঙমদা, অত্নৈঙ মুপা মরীনা লেঙখোঙ নাবা দোলাই তোঙত্নুনা চৎখীবত্ন ঈমাংমক্তদা।"

ঐ তুমীন লৈ !

মহাক্ক মঙক পোল্লত্নুনা হায়-"মুঙশিহৈদে হায়রিবসিনি।"

মহাক্ক অস্নুম হায়। ঐহাক্ক তুমীন লৈ, খুমনীংদে, খুম্বা পামদে, ঐ খংই, মায়কৈসিদা, মহাক্কী, চাক্কবা পুন্সিগী ব্বারী লোৎত্নুনা লৈ।

# ( ২ )

"হুজিক্তী চা থকলুরসি"

"থকলুরসি" ঐনা খুমই।

থায়নগী অরিবা হোটেলদুদা চংদুনা মা ঐ, অচীকপা কা অমদা ফমথনৈ। হান্নবা, মশা নানবা মতমগী চপ চাবা পাখং (চহী কুন মরী মঙা শুরবা) অনী কান্নুং'দুদা রারী অমা মমুৎ তানা শাদুনা ফম্নরমই। অপোবা ফীঙৌ ইনবা মুপা অমগা. মীনা কৌবীদ্রবা, চৎনদ্রবা, নিংথৌ পাল্লিঙৈগী কেমলক্লবা দাক্তর মানবা, অমুবা অদুগা মথোং হুক্তরবা অমনবা কোট লীৎপা মুপা অমগা, ঐখোয় অনীনা তুমীন তুমীন মখোয়গী মনাক্ত ফমথরবদু—মখোয় করিস্ত নাচুঙদে। থৌশানদে। মুশুক মুশুক্কুং য়েঙনরম্লগা ঐখোয়নীদা করিগু ঈকায় খুম্নবা তৌদনা মখোয়-নীগী হঙগোইরবা রারীদু লেপ্তুনা শানৈ।

"অদুক ফজবী নুপী ঐহাক উদ্রি" কুচু ঙৌবা সনা খুদোপ শিবা পাখংদুনা চা থক্লথক্ল হায়-"ফজমনগ্রবদুদা ঐহাকস্থ চংশল্লুবনী।"

"করি হায়" অমুক চায়রুং চাওবদুনা হঙলকই।

"করি হায়নী—। ঐ অহানবদা ঈকায়বনা মায়'সি পুবা য়াদে। মহাক্ল হায় মা মপুরোইবা লৈরে 'ঈবুংঙো চোপনীংবরা ?' ঐদী য়াম্ন ঈকায়রুবনী অদুবু মহাক করি খল্লবনো তুমীন চংলিবা ঐঙোন্দ মানা হৌরকই 'য়াম্ন ঈকায়রব্রনে ? অদুনিদো, ঐদী নশুং নমাম্নবস্থ নত্তে।"

মখোয়গী ৱারীহু অম্মুম্ন শাই। মপুরোইবা লৈরবী মো অমদা কুচু ঙোবা পাখংসিনা ৱাফম খরা ফোংদোকলুবগী মতাংনি। তাবতদা ঐহাক খংই— মখোয় লমচং কাম্নরক্কদোরে। মসিদী তাদবনা ফত্তবরা ? তাদবনা য়াম্ন শাফে। মপুরোইবা লৈরবী মুপী অমদা মীৎয়েং কারম্নবা অদুগা মপুরোইবা লৈরবী মুপীদুনা লমলাম্নবা কনাগা লোঙ্গা-লোনথুপ থাগোন চেৎশন্নখীবগী ৱারী ! তুজুংনীংঙাই ওইবনী। তাইবং কায়বদগীস্থ হেন্ন তমথীবা শক্তম চেনবা ৱারীনি।

"দোন কুইজোট—, ৱারীহু হেক নীংশংলকইদা ভৌরিসি ঊবদা।"

তুমীন তুমীন ফম্নরস্বদগী অঙোনা কনাগশু মরী লৈনদনা হৌরপ্ন কাহুদা ঙাংবা হৌরকই।

মখোয়নীমক চপ মাম্ননা ঈবানীদা য়েঙনরকই। ঐনা উই।

"চা লাক্তরে অঙো" ঐনা ৱাফৈনরহুনা হায় "কুইরে।"

"পাখংকম্থ" মানা নোক্ল হায় "ওরদর তৌথ্রবা নত্তরা ? লাক্তবা য়াবা নত্তে। ওরদর ইজ ওরদর ! য়াম্ন চাওথ্রবা, থোনা লৈথ্রবা ৱাহৈ অমনী। ওরদর ইল্লোইদবা কনালো ?

বাই ওরদর গোভরমেণ্ট ওফ মণিপুর,— হা হা হা হা।" নোকলুরগা—য়াম্ন ৱাখল তানা হন্থরদুনা হায়রকই "কিগনু চা পুরক্কনি।"

মহাক্ন ৱা লোইশল্লকই।

ঐহাক তুমীন লৈ।

পাখং অনীদু ৱারী তশেঙনা লেপখরে।

চা পুরকই।

"ভেরী হোট" অঙৌনা ঙাইঙমদবগুম য়াম্না হরাওপ্রবা মতৌদা মনিল কাবা চা গীলাসতুদা শোকলুরগা মখুত্তু হাথু হাথু লৌথোক্লুনা হায়রকই "ভেরী হোট। পোক্লে। আঃ।"

ঐহাক তুমীন লৈ।

পাখং অনীদুস্ম থক চাবা লোইপ্রবা গীলাস প্লেট অদুগা মখুৎনা পায়নরম্বা চামসশিঙদু মমাং মমাংদা থম্নরদুনা' তুমীন তুমীন, নোকমি নোকমি ফম্নে। করিগুম্বা মতমদা 'মখোয়গী মমীৎকী মীয়েংশিঙদুনা ঐখোয়বু হুৎনা হুৎনা য়েঙনরকই। ঐহাক খংই অদুগা উই।

"অদুগা—থরায় পানবা হায়বা ৱারেংদু ঐনা ইবনী।"

ঐহাক খংলে, মহাক মপুন্সিগী নীংঙমদ্রবা ৱারী লীবা হৌরক্লে হায়বা। মাগী অসিগুম্বা হৌরকফম নাইদ্রবা মরী লৈনদবা অদুগা চোইৱোনগুম্বা মৱাহৈশিঙসিদা ঐ খংই, পাখং অনীদু থম্মোঙ্গী চংশম্ন তাবা হৈরম্লোই। মখোয় অনীগী থুপ্লবা থম্মোইনুঙদা

অরোইবা রারেপ অমা তাখিবছু করি করম্বা রারেপনো হায়বছু মখোয়গী, নোকমি নোকমি য়েঙনরম্নগা তুমীন মপান থোক্লখিবছুদগী খংহোই ঐনা। কান্নুঙদা মা ঐ নত্তনা মীতোপ কনা অমত্তা লৈত্রে। ঐহাক হকচাং খরতং য়াঙখী! হুজিক্কী মহাক্ল ঙাংনীংবা রাফম পুন্নমক্ত পুথোক্নুনা ঙাংসনু—ঐহাক তাগনী। ঐন হঙই—

"থরায় পানবা হায়বা অঙো?"

"য়েস! থরায় পানবা!" মহাক্ল চা চিঙশল্লুরগা পাও-দমনীংবনা খাংঙমত্রবা মীশক অমগুম মখা তারকই "থরায় পানবা, অদুগা. থরায় পানবা পুন্নমক্কী পনথুংফম, মতুস্ত ইতুনা ঐনা তাকঙ্গী!"

"থরায় পানবা পুন্নমক্কী পনথুংফম হায়বা?"

"হোয়নে. পুন্নমক্কী অশুপ্প পনথুংফমছু।" চা চিঙই।

"করিনো অছু হায়যু?"

চা চিঙবা লেপখী—

"লৈফুল, মনিল, "নত্তরগশু" মহাক্ল য়ান্ন শায়না, চীনক্কা পুতুনা হায় "নত্তরগস্থ লৈনিল।"

অদুগা মহাক তুমীন লৈখী। থরায় য়াওনা চা থকই।

ঐহাক্কী লীংলিবা অমনবা কোটকী ফুরীৎখাওদা ঐগী খুং-নাং চারবা নোটবুক য়াওরী। মছু ঐনা লৌথোকই অমস্থং লমায় হাঙদোক্নুনা লৌশিনবা য়াবা রাহৈ খরতং ইশন্নবা শেম শাদুনা লৈ। মহাক্ল ইরিবা রারেং অসিগী মরমদা ঐহাক

মমুৎ তানা তাথোকপা পাম্বনী, অদুবু মহাক তুমিন লৈখ্রে। থরায় ঈয়াও য়াওশন্দনা।

"অঙৌ –" ঐনা হায় 'ইরিবদু ঐবু মরীক চুম্ন তাহল্লু।"

মহাক রাফমসিগা মরী লৈনবা রাহে অমত্তা ঐঙোন্দা খুমলক্তে। মহাক রাদি ঙাংই অদুবু ঐহাক্না তানীংলিবদুদি নত্তে। মহাক ঐহাক হন্ন হন্ন শাগ্রবা রাহে ঙাক্তে মহাক্ন ঙাংই?

মনিপুরগীবু করম্বা রাখল লৈবা অদুগা মরৈবাক নীংবা মীশক য়াওরি-লৈরিবগে? উদ্রে। লৈত্রে। অদুগা মীওইবা মপোক্কী ওইবা মীৎসিনা উইশন্দুনা য়েঙবদশু চহী চা কয়াগী মতুংদনো-মহাক পোকলক্কদবদু? উবা লৈতে। ঈমম মমই। হন্ন হন্ন শাগ্রবা রাফম ওইহনশু মানা ঙাংলিবা মরাহৈশিঙসি মনিপুরগীদমক্তদী ঙসীশু য়ান্না চুম্বা রাফম ওইনা লৈরী। দীল্লীগী ওইবা, অচৌবা মীহুৎ অমতঙগা চীনফেন ফনা মরৈবাক্কী ওইবা অরা অনংগী মরীক চুম্বা রারী শাঙন্নদে। ঐথোয়গী মতমগী ওইবা মৈত্রাবাক্কী লৈঙাকপদা নত্তরগশু লৈঙাক পাম্বা মীওইশিঙদু মীরৈবাক মচাশিঙগা লাম্বানদুনা, য়েৎনদুনা. ফম থাদোক্নুনা, নত্তরগসু লাও খোঙদুনা, মপুন্সীগী নামৎ পুম্বা মাংহন্দুনা মরৈবাক কন্নীংবা কনা য়াওরিবগে? মহাক্ন হায়বা চুম্মী, মখোয় পুন্নমক্ন ফমশিংদুগীদমক্ত য়াম্ন মরম ওকপা মুপামচশিঙগুম তুমীন তুমীন লৈনবা ঙাক্নী। ঈমা লৈবাক, ঈরৈবাক্তবু ঈমারোল খংদবা অতোপ্প মীওইবা কাংলুপনা মরৈবাক শা'না

ঙৈশাক-পথাপ পায়রগা করম্বা মায়কৈদা কনানা নীংবা থুঙ-নঙমগনী ? মহাক্ন থৌনা লৈনা হায় করিগীদমক মীরৈবাক মচাশিংনা ঐখোয়দা মনীং মথা তম্ম থুং থিঙজনকম লৈ ? অদুবু—মহাক্ন হোটেলগী অচীকপা কাস্দা থৌনা লৈনা লৈনা ব্রাহ্মণসি ফনা য়াম্ম হঙজদ্রুনশু ঈমা লৈবাক্ন, মীখুৎ চন্দুনা হৌগৎ কাংখৎ ঙমদনা অস্থম্মক লৈরি। কনানশু মসি কো-ক্লনবা হোৎনদে। মরমসিদগী, মহাক, ঐগী নাকোং ময়াদা শঙদোক্লনা কয়ারক কয়ারক লাওই—মতৌক চাদ্রবা, করিগুম্বা মরৈবাক্কী ওইবা অকনবা মুপা থোকপা ব্রাখল অমত্ত থন্দবা মীশকশিংসি য়াম্ম থুনা শিঙখিবা ফৈ হায়না।

মানা ঙাংলিবা ব্রাফম অসি মতমগা য়াম্না য়েঙথৗনবা ব্রাফমনি। হৌনা ঙাংলকপদা থরতং খুদোং চায়োয়দবদু ঐহাক ঈমীংনা উরকই। কৈথেল ফাওবদা ঙন্ন-ঙন্ন তাক্লবা, মফম খুদিং মুশুক-মুশুক্লবা মতমনি। চিঙন-চিঙনবা মীশক পুম্বা মন্না হঙবা নঙদনা ফজনবা মতমনি। ফাববু কিক্লবদি নত্তে। ঈঙাও ঙাওনা মরম চাদনা হেক অফা-অপুন্নহনবদি কনানম্ম পাম্নফম থোক্তে। পুম্নমকসি ঐহাক, কয়ারক হন্ন থম্মোঈমুঙ নৈনদুনশু, ব্রাফম অসি মতম চাদে ঙাং শকন্নু হায়না মাবু খামজনবদী পামদে। খামদে। করিশু অয়েৎপা পীদে—। ঙাংলক ঙাংলকপদু তাদুনা ঐহাক লৈ।

"য়েংউ—' মহাক্ন চাগী গীলাসতু মথুংনা পায়দুনা ঈমাংদা থাঙ-গৎলগা মথা তারকই "হুজিক চা গীলাস'সিমশু অশুম থকচন—হা, অশুক থকচন, লোইশল্লক্লে অদুগা মনিপুরসিশু মতমগী খোংলৈদা

অস্থুম পীকশন অস্থুম পীকশন মনিল ওইনা নত্রগা 'ব্রান্স অপোন এ তাইম'গী মওংদা মিঙ তাবত ঙাইনহৌরগনি—। করি- গুম্বা তেংবানগী ওইবা মেপ অমদা মহাক্কী চপ চাবা মওং মতৌহ্ কায়দনা য়েকলম লৈরম্বা থেঙনররোই। মুংশি কদৌনি? পাম্মুঈ কদৌনি? নং ঐত্তনা করি তৌঙমগনী? অসিগুম্বা, লম- জীংলিবা ময়ামসি লৈরিঙৈ চা গীলাস অসিনহুম কান্নফম খরা খংহৌই—,পুকনুংদা তুমথী—অরাম খৌরাংবা কোকহৌই, হা,—নত্তরা? লানত্রা?" হঙলম্লগা মহাক্ক ঐহাকপু করিগু খুমহন্দনা থুনা মখা তাথরকই "অহুগা পাক চাওরবা ঈমা- লৈবাকসিদী কনা'নস্থ থম্মোঈ শোক্লহৌদনা, কানবা মশক খংনহৌদন কৈদনো তুম্না শকমাংনগ্রগনি মসি থাজৌ—। শেমদো- ক্লবা, অকীবা মীনা ইবা, অরানবা রারোলনা থল্লবা নমথাক তৌবা হুজীক্কী হীগ্রি খক পানুসি—। মখোয়না মরল শাহুনা পী- থোকখিবা ঈরৈবক্কী লমশিঙগী অচুম্বা মরমশিঙহু, ওইদবা ঙাংবা লাইরিকশিঙসিদা খক থেঙনরোই, থেঙনদ্রবদী খংদে—। ঙম্নমক, লৌনম চিরোনশিঙহু কনা অমত্তদস্থ তমথোক্লদে। কনানস্থ খংনদে—। পাক চাওরবা লৈবাক অমবু মচেৎ মচেৎ মচেৎ লীশীং থোক্ল য়েনখায়হুনা মাং তাকহল্লম্লগা হুজীক্ল লম পীক- মল্লী, কদৌঙৈদস্থ মতীক চাবা লৈবাক মচা ওইবা য়ারোই হায়না ঐখোয়বু নমথহুনা থমলিবসি মরম চাত্রা" ঐখোয় হুজীক হামজল্লবা লৈরায়দা য়াম্ন হরাওনা লেপনরী! হামজল্লবা লৈরায়নবু কয়াম কুইনা লেংদনা লৈগনী? কীম্থগনী—। কীম্থগনী।

ঈশীংদা তাগনী। অহুগা ঙম্নমক ঈরাক্লগনী। ঈরৈবাক্কী মাংহৌ-শাংগী শক্তমবু থুগায়’হুনা, ঈনীংথৌশিংবু মায়থীবা পীহুনা—, ঈরৈবাক মচাশিংগী—অপাম্বা. নীংজবা, অহুগা নীংতম্ব থৌনা পুম্বা মীথুংতা শিন্নরগা য়াম্ন হরাওনা নোকলিবা মীওইশিংসি—, করিগীদমক্ত হঞ্জন হঞ্জন ঐখোয়না মঙক্ত লৈ হুক্তনা থমলি-বনো ?” মহাক্ল—অস্নুম হঙলমই। করি খল্লবনো ঙহাক তুমীন লৈখি।

মাস্ন ঐস্নু চা থকপা লোই।

কাহু ঈচীক চীকলে অহুগা অশোকপা থম্মোঈহু উত্তুনা মহাক্ল থদাং চীকখী।

( ৩ )

মৌনহাহু চহী কুন্থ্রামঙা মুক শুরে অহুগা নুপাহুনা চহী নীফু মুক শুরে। অহানবদা মখোয় অনী অচীকপা কানুঙ’হুদা চংলকই। মখোয়শু ঐখোয়বু ইথৌ থেশানদনা অশাংবা ফান’হুদা ঙেক-ঙেক ফমথনৈ। ঐহাক্ল হুরান হুরান য়েঙই—।

মৌ নহাহুনা শমজীরৈহু শেম্ন শেম্ন হায়—

“ঐ করিশু চারোয়কো, কৌজ-লাকচরুম্নু, শেন মাংজনী— ।”

মুপাহ্নদি করিশু খুমদে। চীংন-লেম্ন অশাঙবা নীঙশা হোন্দোক্নুনা ফমই।

মুপীহ্ন য়াম্ন মীখোন নাওখোন হৈবী মুপী মাল্লি য়েঙবদা। পীশুম শোঙতকই অহ্নগা তুমতক্নবী নাতোনগী মতৌ'হ্নমনা, শাওং-শাদাগী মথক, মহাকপু, অচীকপা অহীংগা য়াম্ন পক্নবী নীংথীবী মুপী হায়বহ্ন ওইহল্লে। মহাক নাওদানবী ওইবনা চনীংগী উনশাহ্ন মরীল চংখিহ্ননশু, ফনেক খোইগানবী অহ্নগা লৈশাবীগুম চনীংগী মওং য়াম্ন নীংথীবী মো নহানি। মুপাহ্ননা ব্লা-লাল অমত্তা খুমদনা মুপীহ্নগী হকচাং কয়াৎ-কয়াৎ,-কয়াৎ শিংদা য়াম্ন ঈথৌ লাঙনা য়েঙবহ্ন ঐশু হুরান হুরান, মুপাহ্নগী মীৎয়েং মীৎয়েং খুদীং মহ্নংইন্দুনা য়েঙই? মুপীহ্ন ময়েক নাইবা অমা খোইগা লাক্ন শেৎলী। অপাবা ফুরীৎ পাম্বোম য়াওদবী অমা লীৎলী। অহ্নগা অপাবা ফীহ্নপতুনা ফুরীৎ উহল্লী। খুদোন অনীমুক পাকপী থাখুমফীগী মরীহ্ন উহল্লী। করিগুম্বদনা ফীবান নাম্ব নাম্বরকঙৈ—পাম্বোম মরুগী উনশাশিংহ্ন উহল্লী। ফীবান হাইথরে।

“ফি নাম্বরে—” মুপাহ্ননা চুরুপ চিঙনা চিঙনা হায়—“অশুক পাবী ফি কদো ইল্লি?”

মখুৎনা ফিবান পায়হ্ননা, মুপাহ্ননা মো নহাহ্নগী পাম্বোম মরুহ্ন কুপশনবীরম্মী—। মুপীহ্ন করিশু খুমদে—। চনীংগী মিহুন কাংলমগনী—অশাঙবা মনিঙগী নিঙশা শাঙনা হোন্দোক্নুনা মৈ-

শাহু খাংন খাংন কেরুপ কেরুপ য়েঙলকই। ঐগী ঈওংঈতৌহুদা হুপীহু করি খনবনো—ঈথিলনা মশা পুমলক্লবী য়ুমগী হুপীনা মপুরোইবদা ওইনজবগুম, হকচাংগী তখৎ-তয়াঙবী মরমচৎ পুম্বা কোকখিহুনা, শোম্হনা হুপাহুদা হায়—

"চৎলসিবা—"

"করিগীনো, কৈদৌরে? করিনো, পীনী হায়বদায়?"

"হুং। নংনা হায়বহুদা চৎসি। বেগতা য়াওরি। আঃ দা লৌ-হৌরো। চৎসি।"

মথোয় অনী করিগু চাদ থকখিদনা হুপাহুনা হায়বা মফমহুদা চৎখী। করম্বা অচীকপা মফমদনো খংহৌদে। করিগীবু খংউক্ম লৈবগে? ঐবু কনানো?

(৪)

ঐগী মরুপনা হায়—

"চাসি অমগা থকখিসি"

"থকখিসি" ঐনা খুমই।

মখোয় অনীনা ফমলম্বা অশাঙবা ফান্দুগী মথক্তা অপীকপা বেগ মচা অরঙবা অমা তরঙ তরঙ তাহুনা লৈ। ঐনা হাথু হাথ লৌশিল্লগা ফাক্রোক্লনা য়েঙই।

য়াওরম্বা পোৎ চৈ—

১। কোরীনা শাবা জন্তু অনী।

২। তরা চৎপী (থুপচন্দুনা) অহুম·

৩। অপীকপা ফোটো অমা।

৪। চে মচেৎ অনী। অতুগা শেন অচোয়বা খরা।

পোৎশকশিঙতু ঐনা লোইনমক লৌথোক্লুনা য়েঙলিঙৈ· ঐগী মরূপনা খংহৌদনা হৌনা ঙাংলকই—

"করি য়াওই? পুসি গৌদাকহনবা ঙম্বা পোৎ-চৈ য়াওব্রা?"

"য়াওদেদা" ঐনা খুমই অতুগা অপীকপা ফোটো অমদী চেজেৎ অনীতুদং খাকহৌরগা অতৈ শেন-থুম পুম্বা বেগতা হাপচল্লী।

"করিনো লৌথোকহৌরি'তু?"

"ফোটো" ঐনা য়েঙই ফোটোতু।

মুপী অমগা মকোক তাংবা মুপা অমগা অঙাং অনীথক পুম্ন নমমীন্নবা ফোটোনি। মুপীতুদী তুজিক্তা অচৌকপা মফম অমদা ঈথিলগী মৈচাক পুহনা থাখুমফি মকা লাম্ব উৎতুন কান্নুঙসিদগী চৎথিবতুনি। মুপা অসিদি—ঐহাক মশক খংই। মনিপুর সেক্রেটরিয়েটতা ভিজত কারদ য়েন্থোকলিবা মুপাতুনি।

মপূক য়াম্ন তপচবা অতুগা নুপী মানবা মায়থোং পানবত্থু। চেজেং অনীতু ঐহাক্ন ফাক্তোকই।

অহানবা চেজেং

"নংগা ঐগা ঙসী উনরিবসে য়াম্ন ৱানা থোকলকইবা পোংনি। অঙাং অতোনবত্থু মশা ঙমদে, হীদাক লৈরুনী হায়রম্নগা—অবোক্ত শিন্নরম্নগা থোরকলিবনি। ঙসী অরেপ্পা ৱা ঙাংনসি লাকপনী, মহাক লৈত্রিঙৈসিদা—। নংনা তাকপা কবুই মাইবা হন্নুবত্থুগু উনরুরে। মানদী হায় য়াম্ন থৃনা কায়নহনগে। মত্থু য়েঙখিসি হায়ব্রা ?"

ঐহাক মফম ঈখং খংদনা চেজেত্তু পাবা লোইশল্লী।

ৱাথল অমত্ত খম্বা ঙমহোদে। তেঙবানবু কিবদী হান্নদগী য়াম্ন হেনখী। অনীশুবা চেজেংতুদা ঈমীংনা শঙদোক্তৃনা য়েঙই ঐনা। পাথ্ররোই খল্লবনী, ঐহাক পাররোই, অত্থু খারবা ঈমীংকী মীংয়েঙনা য়েঙনা-য়েঙনা অনীশুবা চেজেংতুগু ঐহাক ফাক্তোক্তূনা অতুমক পাই।

অনীশুবা চেজেং

"হ্রীং ক্লীং ওঁ ক্লীং য়াইথীবী য়াইচেনবী
ক্লীং ক্লীং কাসা চেনবী ফম্বী কঙবী মীতম্বী
ফম্বী চাও, পাঙগন চাও, শম চাও, ঈ চাও, স্বা
স্বা, স্বা, স্বা,।

অত্থুমলক কাম্নগা মুপাত্থুদা ঈশীংদা শোল্লগা হকচাং

তিন্নরকপগী চোক্থরক্কুনা ঈশীং কৌরকপা মতমদা পীথকউ। নোঙয়াই মতুংদা নংনা হৌরগা থাংজ তরেৎ মা খংহন্দনা ঈতিন্নৌও! ফগ্নী কণ্ডবনে মশা লৈনা পকপনে—। তিন্নরমদাই খুদীং অশুম শোল্লগা নশা কয়াৎতুদা ঈশীংনা খীকহৌও।”

## ( ৫ )

হোটেলদুদা ফম্বা মী পুম্বা ঈখং খংহৌদনা তুমীন তুমীন লৈনখী। অনীশুবা লাঞ্জাওদা সনাকৈথেননা চীকখীবদগীশু শরুক চামা হেন্না হোটেলদু চীকশল্লকই। ঐনা অকিবা পোক্লদুনা শোল্লী “কৈদৌরে” চেজেৎতু শুপতেক-নাতেক খুৎনা পায়শনখী “করিনো তৌরিসিবু। কৈদৌরে?”

কনানশু খুমলক্লে। চা লাকই। ঐগী মরুপতু করিশু থৌশাদনা চা থকপা হৌই। কনানা খুমলকত্রবস্থু ঐহাক মীপুম্বনা চীকশন্নরিবদুগী মরম খংলকই। রেদিওদা মনিপুরগী লালমীগী মকোক ওইরিবা নুপাদুনা রা ভাংলকই। হেক হৌবদগী লোইবা ফাওবদা মহাক্ত ভাংখিবদু শুপনগী মিনিট তরামঙাদংনী। অরোইবদা মহাক্ত হায়খী।

"ঙসী ঙরাংসিদা লৈবাক্কী ঈরাং য়াম্ম নীংথী-নেমথনা লৈরে। হুজীক চয়োন অমগ্নী মতমদা, লালহৌরিবা নত্তরগা হুরান চীংথী তৌরিবা, লৈবাক ঈরাং থোকহল্লিবা কাংবু অসিবু তশেঙ-তশেঙনা নমথবা ঙম্লগনী।"

ঐগী মরুপনা বেরীগী মৈখুদু হাবমখৈ য়াম্ম মরৌ লৈনা, নোক্লবগুম, হোটেলগী কানুঙদুদা খাক্ল-খাক্ল নোকখী।

"মহাক থা অমদা লুপা চানীপান চাদুনা ফমথোন অসি কারি" ঐগী মরুপনা হায় ' মরমসিদগী মরৈবাক কঞ্জগে থোরক্লীবা মপোক, মপোক লীশীংলক্কগু ফাঙলরোইদবা মীশকশিংসি লালহৌবা নত্তরগা হুরান-চীংথী তৌবনী হায়না ঈচং থোনা হায়রী—, হা-হা হা" নোকল্লগা মহাক য়াম্ম থুনা মশক ওন্দুনা শুকথরক্লগা মতোমতা শোঞ্জবগুম থম্মোঈ শোক্ল হায় (তুমীন্ন)—"মহাক্কী ফমুং লৈরমগনী। মদুদা মহাক শোয়দনা তুমথগনী। মতমদুদা, মহাক মপুন্সিগী হাক্কনগীদমক্ত, ওইদবা ঙাংদুনা শেন্দোঙ তাল্লবগীদমক্ত পি তারকনী।"

ঐহাকসু তুমীন খনখী—। তাবা ওইসনু।

"পি তারোইদ্রা?" হঙলকই "তারকনী খল্লী।"

হোটেলদু অমুক ঈরাং লাংনরক্তুনা, চহী তরামঙা যাগৎ-লকপী থাগী ঈচেল লাকপতং ঙায়রিবী, মঙাও থীগংলপী, তোনাম্নবী লৈশাবী মচাগুম লমচৎ নাইরক্তরে।

"মতমদুদদী। মরৈবাক্ল লৈকায় মচা অমা ওনগ্রবা মতম-দুদদী, চৎলু চৎলু খুদীং খোংদাফম লৈরক্রোই। মতমদুদা মখায়-

শিনা হান্নরকনী কপন-সাওনরকপা। নং ঐবু শিরদ্রা ?" হওস্ময়-গা নোক্লদুনা মতোমতা ঙাংলম্মী—"ও! হা হা, হা হা, মতৌ শিঙদু য়েঙথি-তাখিসিবা।" বেরী চিঙই।

# ( ৬ )

ঐগী অঙাওবা মরুপ অসি মরিঙজেন পানবা, য়ান্ন খৌনা লৈবা মীশক অমনি। মহাক ঐহাক খংনখিবস্তু ঈরৈবাক্কী অচৌবা লালহৌ অমদগী খংনখিবনী। ঙসিদগী চহী নীপানগী মমাংদা---।

হন্নুবী কয়া খ্বাংশেং লাক্কুনা থোক্লরকখী। লৈশাবী কয়া খোঈগা লাক্ল চেন্থোক্লরকখী—। অদুগা, মপুন্সিগী মীৎকুপ মীৎকুপ খুদীং পেন্নদবা, নীংঙমদবতনা শন্নাক ওইরক্লবা, মৈত্রবাকী, মশাদা অঙাংবা ঈ চেনবা পাখং কয়া—লালহৌ অদুদা মশীং লাকঙমদনা ফাখী। ময়ামগী মরক্কুদা ইম্ফালগী পাখংশিংগী লুচিংবা অমা ওইনা, মহাক্কা লোঈননা পাখং চনী ফারকখী। মতমদুদা ঐহাকস্তু পারটি মেম্বর অমা ওইনা পারটিগী ওফীস-সেক্রেটরী ওইখিবা চহী য়াংখৈ শুরবা হন্নুবদুগা ঐগা পুন্ন ফামীন্নখি। মুমীৎতুনা মং-ঐ অহানবা শকথেঙনবা মুমীৎনি। (চুম্মী, মতম অমদা

ঐহাক পারটি য়াওরম্মী। হরাও নুঙঙাইবা পারটি নত্তে। মণিপুরদা পারটি মশীং থীঙমদনা লৈ, পুম্নমক কনানগু মরা লৌনদে! মীথনগী টিকেট ফঙদ্রবা খরনা ভোট লেপ্পবগীদমক্ত লিঙথংনখিবা পারটিনা মনিপুরদা মশীং থিঙমদনা লৈখী। ঐহাক্ন য়াওখীবদী অতুগুম্বা পারটি অমদা নত্তে। য়াম্ন ঈচং থৌবা, ঐগী ঈপানা য়াম্ন পামজরম্বা পারটি অমদনী। পারটি অসিমক মনিপুরগী অমত্ত ঙায়বা মচীন চৎপা পোলিটিকেল পারটি ওইনা লৈখী)। তোক্লো—। অমবু ওইরবগু অমবু ওইরবগু ঐহাক্ন মাগা শকখংনখিবতু অশুম থোকখী—।

ঐহাক ফামীম্নবা পারটিগী ওফিস সেক্রেটরিতুদিক মশক য়াম্ন মুন্ন খংবা মরম্ন অচেৎপা মফমদা য়াম্ন থ্না পুশনখ্রে। পুলিস ওফিসারতুগী কাদা কন্সতেবল মরীগা লোইননা ঐবুদি থমলম্মী। ঐ খংই লৈবাক মচাশিংনা মশা মশানা হৌজরকপা লালহৌ অতুবু মখোয়না ঐখোয়গী পারটিনা ঈনশনবনী হায়না কন্ন নাথৈনবা হোংনৈ। মরমসিদগী মরাল লৈত্রবা ঐখোয়গী কাংবুগী মকোক পুম্বা ঙম্নমক ফাজীন্দুনা থমজনবনী।

হায়জনগদবতু হায়জীন্দুনগু ঐখোয়বু ফারিবা অমদী ফানবা য়াথং পীরিবা মখোয় ঙম্নমকগু খংনখী— মতমতুদা লৈবাক অসিদী ঙমখৈ লৈতনা অরাবা তাখী হায়বা। মরম অমত্তদা অরাবা তাবা নত্তে— চাবদা, থকপদা, শেংপদা, থবক ফঙদবদা, ঈরৈবাক মচাশিংদা থবক্কী খুদোঙচাবা পীদবদা, থাগী কুন্থ্রা-মঙাতং ফংজগদবা থবক্কীদমক্ত পু থাঙবা ঙম্মোইদবা মশীংগী শেন

হায়বীদুনা থবক ফঙহনদবদা, মপুরোইবা লৈবীশিংবু মপুরোইবা লৈ হায়বগী করিগু মায় ভাকপীদনা থবক মচা অমগীদমক্ত লমচৎ মাঙহন্নরকপগীদমক্ত (মতমদুদা মশা মশাদা অশুম থোকখ্রবী মৌনহাশীংনা খবরশিংদা ফোঙদোক্লখীবদগী খংনরকপনী ). মী-রৈবাক্ত ভীগ্গাক থাদোক্লগা ঈরৈবাক মচাশিংনা পুক হাপ্ন লৈহনবদা, পুন্নমক্ত, লৈঙাকলোনগী মায়কৈ পুন্নমক্তগী। সুপী-অঙাং হন্নু·হনা খাক্তনা, মতম কুইনা মৈচাক খাংনরম্নগা হৌনবা য়াওদনা অমত্ত ওইনা, অকনবা লাকওম-থিঙওমদ্রবা লালহৌদু হৌখীবনি। অদুবু মখোয়,-খংন খংন, মরাল লৈরবা মচীনশিংদু ঈহৌ অসিমক কনাগী থৌইনশিন য়াওদব, লৈবাক মীয়াম্ন মৈচাক খাঙবা ঙম্নরক্রুদুনা হোরকপনী হায়জবা ঙমখিদে। মসিমক মরালগী মথক, মখোয়গী মরাল ওইগনী। মরাল! য়াম্ন তমথীগ্রবা অদুগা মপোক কয়াবক্তগু ভাকপী হৈত্রবা মরাল ওইগনী।

অদুবু ঐবু ভাকলিবা পুলিস ওফীসারদুদি মৈচাক্তু খংবগুম তৌই।

"ঈবুংঙো। ঙহাক পনখো। ৱারৌমু।" মহাক্ল হায়খী "তৌরিবসী ঈয়াম্বখোয়নদুম হেন্না য়াওনীংলবনী অদুবু থবকসি তোক্লগা ঈতু·ঈচা অমদী পুন্সি, পুম্বমকসিনা ওইরক্লদবদু খরতং খম্বদুনা থৌনা থোক্রবনী।"

মতমদু ঐহাক পাওখুম অমত্তগু খুমখিদ্রমাল্লে।

করিবু খুমগনী! 'ঙকখ্রেদা' হায়রুবদী মহাক থম্মোঈ শোকখীগনী। ফারকপা পাখং চনীদু পুলিসকী গারী তরাদা মী

কুন, কুন থায়দোক্তুনা ঈম্ফালদগী য়াম্ন থাপ্প মফমশিংদা হুন্দোকখী। ঐবুশু, য়াম্ন তুমীন্ন পাখংশিংহুগী মরক্তা, পুলিস ওফীসারহুনা থাদোকলকখি। ঐখোয় মী তরামাথোইহুবু পুলিসকী গারীনা পুহুনা চৎলী—হৈরোক্কী চীঙ্গোন অমদা হুন্দোখপীরমলগা চৎখী। কাংবুসিদা মহাক ঐহাক পুন্ন য়াওমীন্নবখিবনী। ঐনা নীংশংই মতমহু।

"ওক্লেদা—" মহাক্ক মপুক নাল্লহুনা হায়রকই "চা'সি নং ঐনা থক্লীবা, গীলাস অনী শুথ্রমাল্লে, পুকসি পীক থল্লে।"

ঐহাক তুমীন লৈ ( খন্দুনা ) অহুগুম্বা থৌনা লৈবা পাখংহু ঈনাক্তগীসিনী।

"ঐদী হেক পোকপদগী চহী অহুমশুরকপা ফাওবা" মহাক্ক মরী লৈনদনা মখা তারকই "কোকী শমসি চপ চপ য়ুংখৎতুনা মরৈখী হায় ঈমাখোয়না—হা হা হা।" নোকই। ঐহাক তুমীন লৈ। "ঐনা ফনা মঙাও থীহুনম্মু কনাদা করি তৌজরুরবগে? হা? নোংমতঙ ঐনা কায়খীবা কনানো? অহুগা ঐনা শাওরক্লবদি লৈবাক কায়নী। শোয়দনা কায়নী।" মহাক্ক শমথরকই "লৈবাক কায়হনবমূক লায়বা লৈবরো?"

"চৎসি—" ঐনা হায় "থোল্লসি।"

মহাক খুমদে, ঙাংনা ঙাংনা হৌগৎলকই—।

"হুজিক্কী ওইরিবা লৈবাক মঙাক অসি উদ্রিবরা? থৌনা পায়রিবা মখোয়গী নুংঙাইনবতা য়েঙহুনা শেমদোক্লবা লৈবাক মঙাক অসিবু করম্বা মখনগী লৈঙাক কোগনী—? মসি ললোনবা নত্তরা?

অমোংপা, মী মনাক নকপা য়াদবা, মখোয়না হায়বতা ইনবা তাবা,—মসিদী মখোয়না য়াম্ন থীনা চৈ-থাওলিবা লাইনিংথৌশিংগী লৈঙাক্কুদগীশু হেন্ন তমথীবা, শেন্দোঙ তানবা লৈঙাক ওইদ্রিবরা ? অদুদৈ মনীং-মখা তমজরস্বা ঈরৈবাকসিবু 'অপুনবা ভারততা তিল্লু, নত্রবদি !' হায়না নোঙমৈ পায়বা সিক্ষাইনা কোয়শন্দুনা ঈরৈবাক্কী নিংথৌবু তমথীনা লাক্লখিবা, অদুগা মদুগীদমক্ত মফম মতমগী মতুং-ইন্ন য়াদবা য়ারক্রুবদা ঈনিংথৌনা মীৎকী পি তাখিবদুগুম, ঙসি, ঈরৈবাক্কী করম্বা থৌনা পায়রিবা মীশক অমনা মমা লৈবাক্কীদমক্তা পি কল্পা অমা শীন্থবা, নহাক উরব্রা ? কনানস্নু উরম্লোই—"

পুম্নমকসি পাক চাওরবা হোটেলগী মীয়াম ফমলীবা ময়ায় থঙবা কাদুমক্তদা মহাক্ন লেকচর তৌবগুম লেপ্তুনা ঙাংথী—! ঐহাক্ন খামফম খংহৌদবনা খামহৌদে। শেন পীবা লোইরবদা ঐহাক্ন থুনা পুথোকহৌনবা হায়—।

"থোক্লসি—।"

মী পুম্নমক তুমীন তুমীন ঐখোয়নীদা হুপ্ন য়েঙনরকই।
মহাক ঐগী তুঙ ইল্লকই—!

"শেন্দোঙ তানবা অদুগা ললোনবগী লৈঙাক—মী খুদীংগী ঈ চুপ্প" মহাক্ন থোক্ন থোক্ন হায়—"লৈবাক মঙাকসি।"

ঐহাকশু য়ানীংবা ফোংদোকই (থম্মোঈদা), মখোয়, লৈবাক অমস্নুং লৈবাক মীয়ামবু ললোনপোৎ ওইদুনা শেন্দোঙ তানবা কাংবুনী।

# ( ৭ )

সেখীদা মহাক্ক হায়রকই—

"ঈমা কমদোরি ? নহাক্কী ঈমা কমদোরী ?"

"লৈরিদনা" ঐনা তপ্প খুমই বেরী অমা পী।

"না য়েক্তুরা হারবা ?" মহাক্ক বেম্নী লৌনা লৌনা—"লৈরী হায়বদী ঐশু খংই !"

"নাদে— !" ঐনা খুমই। পুন্ন বেরী চমমীন্নৈ।

তুমীন তুমীন চৎনৈ।

"কনাগুম্বনা হায়নবরা ? তা লাকপ্রা ? তুমীন তুমীন চৎনরম্বদগী ঈখং খংহৌদনা মহাক্ক ভাংলকই "তা লাকপ্রা নংবু ?"

"করিবুনো ?"

"থোকচোম অঙৌগী পোলিটিকেল ঈহৌহ্ন হন্থরে, চাঙ হন্থরে—" মহাক্ন হায় "নত্তরগা, মাংখরে হায়নবা ?"

থোকচোম অঙৌ হায়রিবসি মাবুনী। ঐনা হায়—

"হায়নদে—" নোকই ( তুমীন্ন )।

মহাক্ন য়ানীংবগুম; বেরী চিঙলহুনা, মঙক নোম্ন নোম্ন চংলী।

মাগুম্বগী মরমদা—কনানবু ঙাংনবীগদগে।

অহুগা, তৌবমক্তী, মহাক ঙাংনফম ওইবা মৈত্রাবাক্তী অশেঙবা মচা হায়বহু ওইরমগদবা মীশক অমনী ! অহুবু মপুন্সিগী খোংলৈনা তমথীরকঙৈ, মতৌ অশুম তৌররবনীনা কৈদৌঙৈদস্থ মহাক ঙাংনফম ওইবা মীশক অহু ওইরম্নরোই। মহাক্ন মতৌ অশুম তৌত্রিঙৈ, মীওই-মতৌনরিঙৈ, অকনবা রাশক অহু মহাক্ন লৌথী, মাগী মীওই মপোক্নরকঙৈ, মপুন্সিগী মতোল লোম্ব ফাওবা ঈমা লৈবাক্তীদমক্ত শিথীগনী হায়না ! রাশক অসিনা থম্মোঈবু খুহুমলাক কন্ন পুনখিবদগী মহাক্ন চহী কয়া. অয়ুক মুংথিল অহুগা অহীং হায়বা খাক্তনা মুংশি লমচংনরক্নবী মুপী-মচাহুগা কায়নবা ঙমখিবনি। মুপীমচাহুনা হন্ন হন্ন হায়জখী, অহুবু, হায়জখী কদৌনি—( শাঙথ্রবা মতম অমা খুদোং থীরবা মতমহুদা মহাক্ন থাজনবীখি অহুগা হায় 'হুজীক্তী য়াদ্রবনী—। নহাক চংথ্রো করিগুম্বা নং-ঐগী তংপা তারবা, মরীসি অহল লমন খংহন্দুনা নংনা তংতনবা হোংনগে খল্লক্নবা—ঐহাক হু চাহুনা শিরমগনি—।' হায়বীরবদবু। ) কায়নবা তাখি।

ঐনা হঙখী— ( মতমহুদা )

"নহাক মাবু খক লৌশল্লরোইদ্রা ?"

"নো"

মতমহু মহাক ঙাওবা খরা খরা হৌগৎলদ্রা— হুজীক্ক নীংশংলকই মতমহুদদী ঐহাক করিশু খংখিদে ঐনা হঙ্গন্ন হঙলুই—

'নত্তে শেঙনা হায়য়ু ? মীদী হায়না শীংনখরে অহল-লমন।"

"চৎত্রেদনা —"

"অহুক লায়না খুমদোকপা— । মুপীমচাহুনা তারগা নহাকপু মী নত্তে হায়গ্রগনি —।"

মহুদশু মহাক্ক খুমই—।

"ঐবু মী ওইরিব্রা ? ঐ নত্তে লৈবাকসিদা লৈরিবা মৈতৈ মচাশিংসিবু মীওইব্রা— ? শা ঙাদগীশু হেন্ন তোন্থনরবসিদা"

"নংগী পোলিটীক্সকী, প্লেট ফোরমদা লাওগদবা রাঙাং খোন্দাহু লুহোং-কৈহোংবগী মতমদা শীজন-পানশনগন্থ"

"পানশনবা নত্তে, মশানা তাজকরপনী। ফুদ পোলিসি হায়ববু করিনো ? চাকথুমদা মুনীৎ মঙানি চাক থোঙলক্ত্রবা, মুমীৎ, খুদীং মচীন্দ চরা রানবা ফঙলক্ত্রবদা কনাদগীশু তাকলু-তমলুদনা অঙাং— চহী অহুম ফাওবনা অরাম্ব মপুক অহুগী মরমদা চীঙ্গাক্কী মরমদা, কুপ্ন খন্থনরকপনী— ।" মহাক্ক রা লোইশল্লি— "ফুদ লৈত্রে –ফুদ প্রোব্লেম, থবক ফঙদ্রে—অনইম-প্লোইমেণ্ট প্রোব্লেম—' সিবু পোসিটিক্সসা ? পোলিটিক্স য়াওদবা করম্বা পুন্সিনো ?"

ঐশু ঈতোমতা থনথী ইথীক্স অমশুং পোলিটিক্স মীওইবগী চংদবা য়াদ্রবা পোৎচংনী। ঐনা য়ানীংবা ফোংদোকপগুম ঙহাক তুমীন লৈরিঙৈ মহাক্ন মখা শমথরকই "ঐহাক কালেন থাদা মৈফু থক পামদে অতুগা ইন্থম থাদা ঈমানা তুবীবা লাইররবা ঐগী অথাবা পোমফ্রীতু থক মীঙোন্দ পীথোকলম্লোই।"

"করিনো ঙাংলিবতু?" ঐনা য়ৈথৎলী "চোইঙাং ঙাংমুদা"

"করিনো? ঐনা—চোইঙাং? চোইঙাং নত্তে, মসি থংদ্রা? মতম মতমগী চানবা পোৎশক্তু ঐহাক্ন লৌশনগনি।"

"ও" ঐ নোকই "মতম চাদ্রি? "সিনিনে?"

মহাক তুমীন লৈ।

"মতমগী রাদী হেনখিগদৌরে। নংবু অঙাংলা?

'চহী য়াম্লে' সিরা?"

"নত্তবদী। শিরমদাইদা য়ুম পানগেরা?"

"নং—লুহোংবা নোংঙানবগা হেক খায়নবতুদি পাম্ব্রা?"

"পামদে—" ঐনা খুমই "লুহোংলবদী পুন্সিগী ওইগদবনী।' "অতুদি নং ঐঙোন্দা লৌ থক হায়গন্থু। ঐ লুখ্রাবী মচানি" মমায় শুকথরম্মী "লুখ্রাবী মচানি। কৈশু কুইবা য়ারোই।" মহাক—তুমীন লৈখী।

মতমতু, ঙসীদী অমুক হৌখরে।

# ( ৮ )

মসিগুু কুইরবগী ৱানী

নোঙমা, য়ুম্বানগ্রবা মতুং, মুপীমচাহ্ন ঐহাক কৈথেনগী মীয়াম-লক্ত থেংনখী। ঐ, মাবু কোগে হোৎনরুই অদুবু থম্মোঙ্গ শোনবী মুপী ওইবী হৌনশা মুপী মচাহ্ন হৌখীডৈ মপুন্সীগী ৱারীবু নীংশংলক, মমায় ঙাংতরুনা, লুকথদুনা চৈনা থাংখীবনী ঐহাক কৌখিদ্রে। অদুম কায়নখী। ঐনা চৎন চৎন ঙম্নমক নীংশংলব্রুগা কৈথেনগী মচী ওইরকপা মফমদুদা খোং তপ্প তপ্প থাংদুনা হঙই –

"অঙৌ—"

"হাও—"

"নংবু ঙম্নমক কাওরব্রা। থাবল ফবসিদা ঐ কনানো অমা নীংশংলক্লে।"

"তুমীন লৈসি" মহাক চৎলী। য়েংলক্তে। হায়রকই—"বেরী থক্কে।" বেরী চিঙই।

"ৱান্স অপোন এ টাইম—। ফু—"

মহাক্ত তুমীন চৎলম্বদগী অগুম হায়রম্লপা বেরী মৈখুদু ফু ফু কামথোকই। করিনো মখা তারকদবদু— ? ঐহাক তুমীন

তাদুনা লৈ।

মহাক্না মথা তামল্লক্রুবদা ঐনা হঙই— ।

"চৎলগেরা নংবু? শুম চৎলুখিসিরা?"

"য়াই" মানা খুমলকই "ঐহাক বীজোয় গোবীন্দদা জগোই য়েঙলুদোবনী ৱাৎলী।"

চুম্মী - ঙসি হিয়াঙ্গেগী থানিললি। থাজনা অতিয়াদা থোক্লি।

( ৯ )

মাগী মফমদা ৱারী থক হৌদোক্তে। ৱারী পুম্বা মা'নতা হৌদোরকই। হৌদোরকপশু নত্রি, মতোমতা পংঙাং ঙাংজবনী। চৎমীন্নরীবা ঐহাক্না তানীংবা তানীংদবা অদুগা থুম্বা থুমদবা মহাক্কী মফমদা থোইদোক্ল থৌ শাদে।

কৈশামপাৎ থোঙ য়োৱকপদা কৈথেনগী মীরাং মীনীলগী চাং খরা হন্থে। ঈখং খংহৌদনা লমলোংতুমক্তদা মহাক খোংথাং চপ লেপ্লদুনা হায়রকই । "য়েঙউ— ওইদবা পরেঙ অসি য়াম্ন চাওনা থেৎতুনা মাংদা লৈরে।"

ঐনা য়েঙই—। হেক মায়ওক্লনা য়াম্ন চাওনা থেৎলী "উই আর ওল ইন্দিয়ান্স লেট নন দিভাইট অজ"

মীওই মখল কয়ামুঙ্কী শক্তম। ঐহাক তুমীন লৈ।

"ওইদবা অসি করিগীনো অশুক ঙাংবা পামলিবা?"

"তুমীন লৈয়ু। অঙৌ, হৌনা ঙাংগনু"

"কৈদৌরে? মসিবু ওইদবা নত্তরা?"

"মতম অসি খরশু মখংউ। লালহৌবা কাংবু খি খিদুনা ফারিবনী।"

"লালহৌবা কাংবু হায়বা?"

"হোয়নে।" ঐনা হায় "হুমফুতরেৎ শুরেদনা ফারিবা।"

মহাক, তুমীন, করিনো অমা খনখী।

মহাক ঐহাক তুমীন তুমীন চৎনৈ! শঞ্জেনথোঙ য়েংলু-দৌরীবনী।

থাবলনা মেংনা লঙনা থোরকই। অতিয়াদু য়েংলুবদা ঐতগী ওইনীংলকই। হৌখিবা পুন্সিগী ৱারী, ৱারী পুম্বা নীংশংলক্লে। ঐগী পুন্সিগী হৌখিবা ৱারী! অদুক য়াম্বদু, কদৌঙৈ লীবা লোইগনি। কনানো লোইবফাওবা লেংদনা তাবীবা ঙমলমগদবদু? কনানা ঙমগনি—? নোংমগী মতমদা পারুবস্তু, অথেংবা অহীং ওইরকপনা হান্দুনা ৱারী তারীবা মহাক তপন তপন তুমথখিগনি, অদুগা, করিগুম্বদা মীওইবগী ওইবা পুন্সিগী মতমদা পারুবস্তু, মীওইবগী চহী চাম্মাগী পুন্সিনা শুজল্লকপনা হানথীদুনা মহাক শিথীগনি। শিথীগনি, অদুগা, ঐগী হৌখিবা পুন্সিগী, পুন্সিগী ৱারীতনা তাবী-নীংঙাই লৈতনা অদুমক লৈহৌরগনী। কদৌনী ইদোম মৈচাক মৈপুনজবা নত্তনা?

ঐনা থম্মোঈগী নীংশং চৈনা চৈখাংননা তুমীন চৎলিঙৈ ঈখং খংহৌদনা মহাক্ল ঙাংলকই।

"চুমই, থাবল ফবসিদা—। অদুবু থাবলগা ঈশীংগা চিং-খায়নরকঙৈ, ঈমায়থক, অচৌবা ঈথক হৌরক্লনা অতাওবা হি খুদিং তমথীনা ঈরাকহল্লী। মসিবু ন্নুংশিবা শক্তমলা? ঐনা চহি কয়ানো ঙাইখো হায়খিবদু—? অদুগা মহাক্ল ময়ুম হেক্ত পানখিবসিবু ফজবরা? ন্নুংশিহৈবা শক্তমলা? ওইনবা, অদুগা নাপল। চিংশন্নবা হোৎনবা, থাপতোক্লবা হোৎনবা,—ও! নহাক তারিব্রা?"

"তারি—" ঐনা খুমই!

তশেঙবমকস্মু ঐহাক মহাক্কী রাহৈ রাহৈ খুদিং চীৎথদনবা তাদুনা লৈ। হংলম্বতনী। মখা তানা কুপন থিগৎলমদনা মহাক্ল ঙাংলকই—

"ঐদী খংদে—লাইরবগী অন্নাবা" অসি নত্তরা মহাক্ল হায়খীবা?" নোকই—"হা হা হা হা ও! ওইনবা অদুগা নাপল!"

# ( ১০ )

"রেসিজম"

ঙাংলক্নী খল্লুদনা তামগ্রবা রাহৈসিমা লম্বী চৎন চৎন মহাক্ন ঙাংলকই—

"রেসিজম," মহাক্ন ঙাংলকই "রেসিজম,—মীওইবশিংবু ওৎ নৈবা কাংবুশিংগী অমত্ত ঙায়রবা তমথীবা খুৎলাই—'সিবু নহাক য়াখিবদায়—?" হঙলকই "য়ানীংদ্রবরা ?"

ঐহাক তুমীন লৈ।

তশেঙনমক রাফমসি মী খুদীংনা য়া'নবা পোক্নগনি। রাফমসিদা মহাক্ন ঈচং থৌনা ঙাংলকপত্তু ঐ তাগে খনলী। তশেঙবকস্মু মীওইবা কাংবুবু মচেৎ-মচেৎ তাহন্দুনা হিংমিন-পানমিন্নদনবা, খুদোং চাবা খরতংগী মরন্নাই ওইবা, মীচং মী-খায় নাইবা রাখন অমস্মুং মমীৎ মীয়েৎশিংগী মমাংদা ঐখোয়না মতম খুদীং মায়ওক্ননা লেপনগদবনি। তেংবানবদা ফত্তবা পাঙ মখোয়না শন্দোকই। খল্লিঙৈ মহাক্ন শমথরকই "মরু ওইনা, মহৌশানা মনীং মখা তমজফম থোক্লবা ঐখোয় মীওইবশিংনা, অহনবা লৈতনা, য়াম্ন থৌনা লৈবা লাল অমা রেসিজম অমস্মুং

রেসিজমবু অমত্ত ঙায়রবা মখুৎশু খুৎলায় ওইনরিবা মথোয়গী মায়োক্ত, হনবা লৈতনা লালথেঙনগব্বনি হায়বসি কাওনরবদী মীওইবশিংগী খ্বাইদগী ঙাকপীহৈতনা লাল্লবা মরাল ওইগনি—।"
হায়রম্লগা মখা তারক্তনা মহাক অমুক তুমীন চৎলী—।

ঐশু—।

থম্মোঙ্গীদলী খল্লী—মরাহৈ অসিমক তশেংনা অচুম্বনী—। হুজীক হুজীকমক তেংবানবা অতুগা অশুপ্পা থৌনাবু পাম্বশিংনা মীৎয়েং অসিবু (রেসিজমবু) চেৎনা নাওকোনশন্দুনা থম্মহুনা লৈ। মীয়েং অসিগী মতেংহু মখোয়না লৌই অতুগা মীওইবগী অমত্ত ওইবা কীটিং অতু থৎদৎনবা হোৎনৈ। থদৎলি। তোখায় তানহল্লী হুংশিনহন্দে শাওনহল্লি, শৈতানা য়ুমথংনহন্দে—অতুগা মতুশোনবা, শোন্দবা, মখোয়না য়াম্ন মীচং মীথায় নাইনহল্লে—। অশুক তমথীবা মীৎয়েং অসিদা শাদোং ওইহুনা মখোয় খরনা থৌই। মখোয়গী অকনবা শাথোহুগী খোংনেৎ-খোংনেৎনা মীওইবা কয়া ঈহীং-নাহীং শানা নেৎখায়বীরে। হুজীক তেংবানবগী অওনবা শক্তমহু লাক্লবনি।

খল্লীডৈ মহাক্ত তানশল্লকই
"বেরীহু—অমতংগা থক্কে।"
ঐনা লৎনদনা বেরী পী।

য়াম্ন থাপ্ন জীপ অমা খামহুনা লৈবা উই। মুপী অমা কুমথরকই।

"রা ঙাংগম্নু য়েঙসি—" ঐনা রামেনলি "তুমীন চৎসি।"

( ১১ )

পুলিসকী গারীদী মান্দে জীপতু। অতুবু খাগী ( খাকী ) শেৎপা অনীদং জীপতুগী মন্নং ওইরপন য়াম্ন লোঞ্জা লোনথুপননা ফমলিবতুনা জীপতু পুলিস ডিপারটমেণ্টকী নত্তরবস্থ পুলিস অ:চৌবা অমগী ওইগনি নীংই। মমাংদা মশা নোইতকপা মুপা অমা ফমলী। মুপীতু মী পীক্তকই, জীপুগী কুমথরগা মী লৎলবা লমজাওতুদা মফী শেম্ন শেম্ন, হৈনদনা, মায় লোৎন লোৎন লেপতুনা লৈ। ঐখোয় হেন্দোক্তুনা চৎলী। অতুগা খরা থাপলপ তুমীন য়েংতুনা লেপই। নিতাইবাৎ চীথেক্কী লমলোংদা চেক্ল খাগৎলিবা পুলিস ষ্টেনতুদগী ইউ উহৌদনা খাগী শেৎপা কন্সটেবল অম মথৌ মশক য়াম্ন থংবগুম চোংথোরকই অতুগা থাতুনা লৈরিবা জীপতুগী মনাক্ত চেনশল্লী—। জীপতু ভৈহাক লৈরগা থৌখরে—। মুপীতুশু। মা ঐ তুমীন তুমীন য়েংনহৌই। করি মতৌনো ? ঐনা তুমীন খল্লীঙৈ মহাক্ল হায়রকই।

"ঐখোয় নখোয়গী মতমসিদা মীওইবশিংনা থেংনরিবা পুক্কী লালসিদী চাওখ্রবা লালনী" মহাক্ল হায় "অরা লাল'নগা হেনদে। অরা লানদী অকীবনী—অতুগা থেংনরিবা পুকী লান'সিদি,

অকীবা, অতুগা তুকংচবা মশক অমসু য়াওরিবনি। ওনিংবা।
হিংতুনা লৈনিংদবা।"

## ( ১২ )

"মী পুম্নমক হেক তাবদা শাওনখিবনি—, ঐখোয়, ঈমা-ঈচাবু হাৎলগা লৌ খরতং লৈবসি মখোয় মশেন য়েন্থোক্লগে তৌরম্বতু—, কয়াদা তমথীগ্রবা থম্মোঙ্গীনো—কনানবু শাওরোই ?" মহাক্ন মানা থোকপতু ভাংলকই "জেনোসাইদ" নং মসি খংলিবা নত্তরা—। দি গ্রেট ক্রাইমস এগেন্স মেনকাইন্দ। হা— ? মীওইবা কাংলুপ অমবু মাং তাক্ন, তুম্নব মাংথহন্নবা—অতুগা কাংলুপ অমনা অম্নুপ্প মপু ওইহন্নবা—তমথীরবা থিওরিতু পানশন্দুনা মখোয়না হোৎনরম্বতু—। মতু খংতুনা ঈমা ঈচানা, মখোয়না য়াম্ন পাম্নদা হোৎনরিবা লৌফমমখৈ খোৎ-খোৎপা তক্নুনা য়োন্থোক-খীবনি। ও !" মহাক্ন মায়থোং লুকথরতুনা থম্মোই শোক্ন মখা তারকই "মতম অদো, ঈপাগী নীংশং খুদম মাংলে হায়না ঐগী লুখ্রাবী ঈমানা অহিং ন্নুংথিল নাইদনা কপ্ন লেনখিবতু—। হুজিক্তী, ঈমা ঈচাস্নু লৌ চাদ্রে—শেন লৈত্রে—। লুখাক কোমগী

হয়িংগুম চানীংঙাই খরতংগী কোয়চেন চেন্নরিবসি মখোয় য়েংবা মুংঙাইরিনি খনলী। মুংঙাইসন্নু—। হা? হুজিক্ত লৌ খরতং লৈবত্রু হেক য়োম্হোকই হায়না ফবা শাত্নুনা ঙাংলি। মিহৌবা হায়বসিমক্তবু লমথুংফম থক ফবা হৌনদে—। কনানো মীচং মীখায় নাইত্রবা ইন্দিয়াদগী তোঙান লৈগে হায়রক্কদবত্নু। অতুবু হায়নরকই লৈপাক পায়ন্নিবা কাংবুতনা অসি থোরুবা শীঞ্জবনী অত্নুগা খুরাতোনশিংনা ঈমা ঈচাদা মিংচৎ থীহনবগুম অমুক লাওরিবসিনা 'উই আর ওল ইন্দিয়ান্স—' হা? 'লেট নন দিভাইট অজ—' কনানা থুগায়গে হায়থীবগে—? মখোয় মশানা মশাদা হায়জবনী। তুমলমদাইদা খংজরিগনী—। মখোয়না অশুম তৌরিমখৈ নোংমা নোংমগী ঈরাং হৌবা হেনলকনী—। ওইদবশিংসি থেৎকন্নু তানীংদে, পানীংদে—য়াম্ন তুমীন মপুকচেনশিংহু শেংদোক্লখো—হায়রিবা। অত্নুবু মখোয়—তাবা লৈতে—।"

মতোমতা, মুপী অমখক্ত ঐখোয়বু তুমীন হেংগৎতুনা চৎখী। মখোং থাঙবা থোক্তনা—য়াম্ন চোকথনা।

( ১৩ )

মহাক্কী পাবুংহু লৈখিদরে।

মসিদী কুইরবা মতমগী ৱানী—। ঐগা মাগা খংনরকউঙে মমাং। মপানা লৌফম খরা থম্বীরম্মী হায়না তায়, মতু মখুরাশিংনা মৎকে কন্ন হোৎনরে হায়বসি উরতুনা মহাক্ন মমাদা লৌতু থুনা য়োম্হোক্লবা হায়, মরমদি,—মহাক, নাকোং ৱাই চিনবদগী চরা হেনবনা য়াম্ন হেন্ন মুংঙাইজবা মীশক্লি—। লৌ য়োম্হোকপতু ঐ য়াওই—।

মখোয়গী লৌফম নম্বোন্দা লৈ। মফমতুদা মা-ঐ কোয়রুই। নহা ওইরিঙৈ মতমতুদা লৌফমতুদা কোয়রুবতু অতুগা য়াম্ন চা-ননা থোকখিবা থৌদোক অমগা য়াওখরে। মখোয়গী লৌফম উরিবা ঈমুং অমগা য়াম্ন নক্লনা ঐগী সোরোজীনী লৈরম্মী। সোরো, (মান্নী, ঐনদী মতমতুদা মাবু সোরো হায়রগতা পেঞ্জখী) সোরো, ঐগা থম্মোঈ শেঙনা মুংশিনখীবী মুপীমচা অমনী। কুইরবগী মতম অমদা—। থাবল চোংফম অমদা মা ঐ শক খংনখী। মহাক মতম খরা ঈম্ফালদা য়াম্ন ঈনাক কৈরাক খুনবা ফমথোন চাওবা মুপা অমগী য়ুমদা মরী মতা অমা ওইনা লৈরম্মী। তনৌ তনৌরিবা

মাগী, অদুগা ঐগী থম্মোঈদু মচু শংবা য়াম্ন লায়নখী—। শুপ্নগী কুমওন্নখিদ্রবা, তেনগ্রবা মতম খরদংদুদা মহাক ঐহাক হকশন্ন মুংশি লমচৎনখি । মতুং, খরা লৈরগদি মহাক পোক্লফম লমদমদা, নম্বোনদা লৈখরে। মতম খরদী লাপ্লবা মফমদুদা লীচিংদুনা ঐবু পুৰীরম্মী। মাগা ঙহাক ঙহাক্তী লেপ্তনা শকথেঙনরম্মী। মতুংদদী, মফম মতমগী মতুংইন্ন মহাক ঐহাক্তী, উনবা চাঙ অশুম অশুম হন্থরকই। হন্থবকই—, অদুদগীদি, মহু য়াম্ন চাওবা কায়ন শকথেঙনদবা হায়বদু—মা ঐগী ঈফমদদী কয়াদা লায়না ওই-থোকগ্রনো ? মসি খনবদগী—সোৰোবু অমুক্তং য়েংনীং উনীংদুনা মা ঐ মফমদুদা কোয়থোকলুবনী—। কোয়থোকলুবা অসিমকস্থু হৌগ্রবা অদুগা য়াম্ন কুইগ্রবা মতমগী নীংশং ৱারী হায়বদু ওইদুনা লৈররে। হৌখরে—, চহী খরগী মমাং, মহাকস্থু মখোয় অদুৱাইদা লৈবা চা-থকপা ৱাত্তবা স্কুলগী ওজা অমদা য়ুম পানখরে হায়না তায়—। থাবল ফবসিদা-, মৱাহৈসি তারকঙৈ ঐহাক ঙম্নমক নীংশংলক্তনা তুমীন চৎলী—।

"অঙৌ—নহাক নীংশংলিব্রা—" ঐনা হঙলুই নং ঐ নম্বোন্দা অহীং লেকলুবদুবু—"

"থায়নগীদু—।" মানা হায "অদুদগী খরা লৈরগা লৌফমদু লৌউবদুদা অদুম য়োম্থোকখরেদনা। হুজিকস্থু,—নং ঐবু চৎলুরবদী থায়নগী ঙা থোংবদু অদুম মচারকখিগনী—। ৱাৎকদোরিবা হায়ববু সোৱোজিনিগা নংগা—, ৱারক্ত য়াম্ন মুংশিনা নোকমিন্ন-খিবদুতনী। তোকলোদা—। হা ? মাস্থু নংদোনা অঙাং অনী শুখরে। ঐদা ঙায়রে।"

ঐহাক 'তুমিন্না লৈ।

মাশু— ।

"শুট দি টাইগর—" মানা খংলাও লাওরকই "মী চাবা—। শুট দি টাইগর—, থরায় কনসি অতুগা অরাংবা মউন. ফীদা ওইনসি—। অহম !! " মহাক্ন খোঁদেমই।

( ১৪ )

মা ঐ হুজীক্কী তমথীনা খেন্নরে।

পুন্সিগী ওইবা অরুবা রাফম অমত্তস্তু মমুং তানা থন্নমিন্নবা য়াবা মীশক ওইদরে—। তেংবানবগী ওইবা অরুব. মচশু ওইবা রাহৈ কয়া মহাক ঙসীশু ঙাংলি—। অতুবু হৌরকফম অমস্তুং লোইফমতু মহাকী মফমদা লৈত্রে। মতম অমদদী মহাকশু মীওইবা মতৌ, রাফম কয়াদা থন্নবা য়াবা অমত্ত ঙায়রবা মীশক অতু ওইরম্মী। ওইরম্মী, অতুবু কদৌমী ? মতম, থক থাজফম লৈতে। ঙসীদি, পুম্নমক্ক মহাক্কী মফমদা হৌথ্রবা অহীংগী মংলানশুমথ্রে। তেংবানববু পুনশল্লিবা মীওইবগী ওইবা পুন্সিগী হৌন-লোনচৎনা মবুদি পুনশনবীত্রে। ঙাংনীং ঙাংনীংবতা ঙাংতুনা

লৈরে। অচুম অরান, মঙোন্দদী—অমত্তনী। মহাক করি করম অসুম্ম অঙাও-অফৈনখিবনো ? ঐহাক খংদে। অতুবু হুজীক্ত নীংশংলকই ( থাজরকই ) মহাক্ল হুপীমচাতু লৌশনখিদনশু অসিগুম্বা অচোইবা রাখনসি চেল্লকঙৈ, ওইরমগনী হায়না ( নত্তরবদবু চহী কয়া অতুক হাকশম্ন তোৎন-তিম্নরক্লবী অমবু মানা থোকপা খরা ঙাং-শক্লগা অতুক লায়না কৈদগী কায়না-খায়না ঙমলমগদগে ? )।

ঐগী মরুপ'সিগী য়ুম উরিপোক চৈরাপ মনীংদা লৈ। চৈরাপকী হেক মনীংদা অপীকপা লৈরক মচা অমতং চৎলি—অতুগা তুরেন ,খাংবান নক্ল হায়জনফম মক্তদা কনানশু য়েঙ-শনবিদ্রব মতৌ মানবা, নাপী মোংশোংনা থনবা অহাংবা লমহাং মচা অমা লৈ অতুগা য়ুমদোনপোক ওইনা, কীস্থরবা ইনা মথক কুপ্পা, অহোবা ফক্লাংশিংনা কোয়শনবা খাংপোকশং মচা অমতংতু। মখোয়গী হিঙগোনগী নাক'য়েৎ অতুগা মনীংদা মথুরা অহুমগী য়ুম অতুগা অতোপ্পা ঈমুং অমগা লৈ। ঈনাক কৈরাক খুন্নবা ঙাক্লী। মথুরাশিংতু নত্তনা য়ুমথংনরিবা খুদীংমক্ল মখোয় মমা মচাবু হুংশিবীরম্মী—। করিগীম্মু হুংশিরোই—মখোয়দী তোন্থবগী মতীক কনাদস্ু কায়জদবা মমা মচানী।

মতমতু মহাক কোলেজ তমন্সি। চুম্ন তম্বা নত্তে, শীংথাবা ঙমদ্র-বা চাওরবা মরাখল অমগা লোয়ননা মহাক মতমতু মহৈ তমখী। অয়াম্বা শেন থুম মমা লুপ্পাবীতুনা মখোয়গী মনীংদা লৈরিবা ঈমুংতুদগী পুথোক-পুশিন তৌজতুনা তম্বনী— । মহাক্লী মহৈ মশিংগী

লম্বীদা ঈমুংতুনা অয়াম্বা তেংবাংই। অতুগুম্বা ঈমুংতুগী মচানীশোন অতোনবী ( মত্তোমতা ঙায়হৌরবী ) অতুগনি মহাক য়াম্ন চেৎশন্ন-খিবতু—। মোঙমা নুপীমচাসিদা পী'ননবা ইরম্বা অইবা চেতু মানা ঐঙোন্দা পাখী।

(মুঙশি তোম্বী— !

ঙসী ঐ ব্রা খরা হায়গে। নহাকস্তু ঐনা হায়রিবশিংসিদা য়াম্ন মুন্ন খঙ্গনী হায়না থাজে—

নহান্নদী হায়রী য়াম্ন পাক্লবা ঈপাক অসি শোয়দনা লানমী-ম্নগদবনী হায়না, অতুবু হি অসি হোনগদবা মীওইবগী ওইবা খুৎ অনীমক তেকলিবসিদী নহাক অমুক্তস্তু খন্থরুদ্রবা ? ঐহাক্তী অকীবা অমা পোকই। নহাকস্তু উরিগনী—হিঙগোন্দা নত্রগা লৈকোনশিংদা লৈ পাম্বীশিংগী মরক্তা অচম্বা তেরাপাইবী পাম্বী খরা হৌগৎলকপতু ( মখোয়না খন্নরমগনী ) মখোয়গীস্তু মপান শাই। অঙৌবা অতুগা মহু কুপ্লবা মপাল—। মরমসিদগী মখোয়স্তু লৈ পাম্বীনি হায়না খন্নরমগনী—। অসি খুনবদগীবু মখোয়না লৈ পাম্বীশিংতুগী মরক্তা হৌগৎচরক্লিবা নত্রা ? ) অতুগা লৈকোন মপুতুনদি মখোয়বু হেক ফুক্তেক্তুনা লৈ পাম্বীশিংতুতা লৈখোং শেংহৌবতু। মপান শারবস্তু তেরাপাইবী পাম্বীগা লৈ পাম্বীগা খক মান্ননা কনা'নস্তু খনবীদে। খনফমশু থোক্তে। ঐ পাখংনী, নহাক লৈশাবীনী, চপ মান্নগনী, নত্তগা, শোয়দনা থুঙনগনী হায়বা খক লৈতে। হুজীকী তেংবানবা অসিদদী, নহাক খংদ্রা ? ঐখোয় মীওইবদী তরাইথোক ঈশীংফাওবদা থৌনাগী চাং খেন্নহল্লবনী। চাওখৎপা লৈবাক্তী ঈশীংনা মৈ ওন্নখরে ফেক্তরিশিংদা ফমফম

ফঙনরে অতুগা চাওখত্তবা লমগী ঈশীংনা ঈশীং অতুম ওইতুনা খুঞ্জাশিং নত্তরগা অপীকপা অঙাংশিং অমস্তুং ঙান্নু ঙান্নুথঙগোংশিংগী ঈরুপনফম ওইতুনা মহৌশাগী মহৌশা অরেম্বা তাতুনা লৈরী—। চুম্মী, শিবা নাইদবা মীওইবগী থরায়দী খেন্নবা লৈতে, মতু ঐশু য়াই. মরমতুনবু ঐহাক্ত পুন্সীগী লম্বী খরা য়াংলি। য়াংলিবা লম্বীশিংসিদা ঈখোংসিনা হেক নেংচা-চংচবা ঙম্লবদা নহাক ঐহাক থ ঙনবা ঙমগনী, ( মসিদা নংনা হঙনীংলমগনী—'লম্বী-শিংতু কায়থ্রবদী—?' হায়না মতুগীদমক্ত নত্তরা ইকায়-ইকী রাংমা লান্ন—নখোয়দগী অস্তুক য়াম্বা শেন থ ম পুশন্দুনা ঐহাক্ত ঈহৈ তমলিবসি—।)

তোক্লা। পুন্নমক তোক্লো—। নহাক, ঐহাক্ত বি, এ, তং লোইবা, লো তম্বতং লোইবা, ( মতুদগীদী নং ঐগী অপুনবা পুক্নিতুনী— ) মসি ফাওবতংদী নহাক ঐগীনী লেংদনা লৈর্বায়ু। )

মতমতুদী হৌখরে।

মং ওইখরে।

ঐহাক মীংতা শং শং উরী মহাক্ত কোলেজ তমলিঙৈতুদা মহাক্ত শেং-চাখিবা ফিরোলশিংতু—। অমনবা ফৈজোম অমা অতুগা লুই অমা। ঐশু থুনখী খোংগ্রাও অমতং পীসিন্না শেংলু হায়তুনা, অতুবু মাগী থম্মোঈন্নুংদা তুংতুনা লৈরিবা অখাবা মরিং-জেন্দুদা কয়েন্নবা তাগনী খনতুনা নোঙমতশু রাফমতু ঐ. মঙোন্দা হৌদোকখিদে—। মতৌ অতুমক্তা, য়েঙ্ঙমদতুনা ওইরমগনী ম্নুংশি তোম্বীনা নোংমা তনগী পীরকথী—মা ঐ পুন্ন মাগী ফমুংদা পামীন্নথী।

( ঐনা তুংশনবা লুপা নীফুখক লৈ হায়বত্থু তাচৌ নহাক লৌররোইদ্রা ? নহাক তৌগদবত্থু তৌনখ্রো, কুপনা শেগায়গেরা, হুঞ্জেক্রেরা, মৈ থাগে হায়বরা, করিনো নহাক্র পাম্বদা শিজন্নরো। লৌদদী লোশনবীয়ু। ঐহাক্র পুখ্রী কুমলকপদা পুথোরকনী হুজিক)।

মহাক তুমীন লৈখি। ঈখং খংহৌদনা মহাক মপি তারকখি।

"ভসিদগী—" মহাক্র তপনা হায়খী "ভসিদগী ঐগা মাগা করিস্থু মরী লৈনদরে হায়না শন্দোকপানব—। কনাস্থু লৈররোই। অদুবু ঐহাক মদু পায়ে।"

লুই ইনবা, শেৎপা চাবা তোম্ববা পাখং অমগা মুংশিনৈ হায়বত্থু ইকায়বদগী ফি খরা খরা লৈন-ইন্ন শেৎন্নবা পীরক্লিবা শেন ওইরমগনি। ঐহাক তুমীন খনখী। রাহৈ অমত্তস্থু য়ানগে ভমখিদে।

মুমিত্তু অস্তুম হৌখি অদুগা ভসিদী নীংশংহৌবতা ভায়হৌরে।

মতমগী মৈশাদবু করম্বা রারীনা চাকথেক্তবা লৈথ্রবগে?

রারী পুম্বা চাকথেকখিরম্মি। অদুগা থম্মোঈগী মৈচাক নত্তরগা নীংশংবতং মহাক্র পীরম্মী।

( ১৫ )

মহাক য়াম্ন ব্রাতুনশু নোংমা নত্তরগা নোংমদি শোয়দনা স্নুংডাইরকখিগনি হায়না ঐহাক খনখী অতুবু অশুম, অঙাও অফৈনদা লৈববা অসিদদী মপুক্সি চুপ্প' চাক্কি ফিনি লেনবা নত্তনা করিস্নু ওইরক্কনি হায়বা নীংদরে। লুখ্রাবী মমা অসি মচা মুপা পোকচমন প্পান্সগী হরাও তয়ামজবা ঙমদনা শিগ্রগনী—। মতমতুদা ঐনা হায়গে খনখী 'থবক মচা অমতং তৌশন্দুনা ঈমুং মন্নুং পুথা হৌরো' হায়না, অতুবু ঐহাক মাগী মতৌতুদা অব্রা অনা উৎপা পামখিদে—। ঐ খংই, মথোয় নোংমা নোংমগী চাদ-থক্তবা অশুম অশুম হেন-গৎলকখী—অতুবু ঐস্নু মতেং করিশু পাংবা ঙমখিদে। মহাক নোংমতা ঐঙোন্দা অব্রাবা উৎখিদে, ঈমা লুখ্রাবীতুনী ঐনা কিরিবা, মহাক্ক মীপুম খুদিংদা নোকমিবা মায়থোং অমা—লেপ্পুনা উৎ উৎতুনা অব্রা অনা খংহন্দনা লৈখিবতু। ঐগী মরুপসিগী মথৌ হায়ববু অয়ুক স্নুংথিল স্নুমিদাং মতম পূম্বা লাইরিক পাবতং ওইতুনা লেনখি—। মহাক্ক ইবা ব্রারেং কয়া মৈতৈলোন্দ ফোঙবা পাওজেন চেশিংদা ফোঙখী, য়াম্ন পাম্ননা ফোঙনখী। অতুবু অসি পুম্নমক কদৌনী, মংগী মুক্তা ওইতুনা হৌখরে। ঐহাক অমুক নীংশং চৈনা খাংঙমদ্রতুনা চৎনা চৎনা অশাংবা নিঙশা হোন্দোকলম্মী।

কয়াদা তমথীগ্রবা মীওইবনো হায়না খনখী। মতমদুদা লৈকায়গী পাখং খরনা, মহাকপু অহিং হৌগৎতুনা উচানগী মৈনম পায়দুনা ঙা য়োনফম অমস্তুং য়েনশাং নাপী য়োনফমদগী অত্তাবা শেন থুনবা চৎলী হায়না শন্দোকলম্মী—। মমা লুখ্রাবীদুনা হকচাং ঙমশল্লক্তবা অদুগা হন্ন য়েঙখিবদা মাগীনি হায়বা কনা লৈত্রবা মতমদুদা অশুক তমথীবা পাওসি শন্দোক্লবদবু কনানা থাজ্ররোই ? মাগী মরিংজেন খংদবা মী থুদিংমক্তা, শন্দোক্লিবা ব্লাফমসিদা থাজনরম্মী। মরমসিদগী ঐহাক্ল মচীন তোংবা মখোয়গী লৈকায়গী পাখং খরগা ব্লাফমসিদা শাওনরম্মী। খৎনগে তৌখরে—। ঈতৌসিদা মহাক্ল নোংমা ঐবু থামজনখি।

"নহাক ব্লাফমদুগীদমক্তা মীগা শাওনরুগন্নু—"

"অদুক দুপী মানগন্নু। করিগী কিরি? অদুগুম্বা ব্লাবু তাদুনা লৈগদ্রা'" ঐনা হায় "লৈকায়সিদা লৈবা কিরবস্ত ঐখোয়দুদা লৈগনি। মচিন থীবশিংদি ব্লারক্লমবা তাই—।"

"তৌনু—' মহাক্ল ব্লাখল য়াম্ন মুন্ন খল্লুরগা, মতমদু লুকথরদুনা মমায় লোৎলদুনা হায়—"ঐ-ঐহাক—।"

"করি অঙৌ—!" ঐনা পাখৎনা মরক থৎলী।

"ঐহাক তৌরুরবনি।" মহাক্ল মায় লুকথরদুনা ঙাংলকই "ব্লাফমদু মকা ফোঙবা পামদ্রে। হায়নরসন্নু"

মহাকমক্ল অদুম তৌরবা!

মতমদুদা ঐহাক করি থুমখিবা? খংদে। পুঙমদ্রবা ঐগী থম্মোঈগী মতৌদুতং নত্তনা ঐহাক ঙম্নমক নীংশংবা থোক্তরে।

ঙসিদি নীংশংলুবতংদা, ঐ·· থম্মোঙ্গ চাকলী। ঈমীংকী পি,—শীঙ্গরি।

( ১৬ )

"করিগাঁনো খংদে—" মহাক্, নীংশং চৈনাদা চাক্লীবা থম্মোঙ্গ চেনবা ঐগী অৱাবা ঈতৌদু শম্নাতংগু খংদা-উদা ঙাংলকই "খংদে—, করিগীনো মহাক্ লৈররিবা অসি—।"

"করিনো অঙৌ ?"

"থা অমা হেঞ্জল্লক্লে মহাক মপামদা লৈররিবা—।"

ঐ ৱাথল তারকই। হঙই

"অঙইবৰা ঙাংলিবদু ?"

"লৈররী—" মহাক্ চীং-লেম্ন হায়—"ঐগী শম্বন ৱাংমদা মুনা মুনা, তোয়না য়েংখয়ে—। ছজিক্তি মহাক ঐগী য়ুমদা চংলক্রে। মচা পীশক্তুদা করিনো অমতং পীজনীংবনী— কদায়দা পীজরুদোমো খংদে।"

ঐ তুমিন লৈ।

"সিনি তৌফম খংদবা হায়বসি—, থবক ফঙদবগী অৱাবা' চাবা ফঙদবগী অৱাবা, অৱাবদী চপ মানৈদনা— ? থবক ফঙ-দবগী অৱাবসি কোক্লনবা কনাগুম্বনা হায়—মহৈ মশীং মতীক চানা হৈহৌদবা, মশাগী অশোনবা লৈবা অমদী মশা ফত্তবদগী থবক ফঙদবা খোকপনী" মহাক্ন হায় "মসিবু কনানা য়ানিংদৌরিবা ? য়ানিংদবা নত্তে—, মীওইববু উশীংতবা উংপনী—। মশা ফবা কয়ানো থবক ফঙদতুনা লৈনৱিবসি— ? য়াম্ন লৈ। সিগু ফমন-বদগী ফঙদবনী হায়গদ্রা ? ঙম্নবা, কম্মোক্নবা ঙাংবনি—। ঐ য়াদে।"

ঐ খুমদে—। তুমিন লৈ।

"খুমগে হায়রগা ঙম্নবা, মীন য়েংপা ঙমদনবা" মুন্না খল্লগা খুম্ব তাইদনা" মানা মখা তারকই "ইসপেস হায়বসি করিনো ? কয়া ফজনা খুমগ্রবা! ইসপেস ইজ সমথীং ইসপ্রীদ আউট ওর এক্সতেন্দদ, রাইটৱারদ, লেফটৱারদ, অপৱারদ, দাউনরারদ, ফোর ৱারদ এন্দ বেক ৱারদ—, হা হা হা হা হা হা" মহাক ব্রং ব্রং থীথরম্লগা হৌনা হৌনা নোকলকই। ঐগু নোকই। নোকপতু হন্থরে অতুগা তপ্ন শমথরকই "সিমুক হেক ফজবা পাওখুমতু খুমলকউ—অপৱারদ—দাউনরারদ লেফরারদ বেকরারদ ফোরৱারদ—"

ঐহাক তুমীন লৈ।

"পুকচেন শেঙদবা অতুগা" মানা মখা তারকই "ওইদবা ঙাংবা হায়বসিতবু মীয়ামগী ওইদবা, মশাগীতা য়েংবাশিংগী

মরমচৎ ওইগ্রবনী। মখোয়না ওৎ নৈবদগী লৈহৈদ্রহুনা 'এ চেঞ্জ প্লানেট' হায়রগা মালেম অসিবু থংনরকলিবনি। নত্তরা? মখোয়দা মীনুংশি থংদে, মখোয়দা নেচরবু খক থৌশাদে—। মখোয়না পামলিবদী রেসিজমনা মায় পাকপা, মীওইবগী কাংলুপ পুম্বা মালেমসিদা উপ্রাক্সা তুহনবা—অদুগা, অউপ্পা মীওইবশিংদা মখোয়গী মখোংনা নেৎপা—। মসিদা য়েৎকনু—। মরমচৎসি চেনবদগীবু অদুক তমথীবা থৌদৌ অদু মতুংশোনবা য়েংহুনা মখোয়না পাংথোকখীবা নত্তরা? থরায় পানবা মীওইবা কয়া —শুপ্পগী মীকুপ অমদা উৎ ওনহলখিবদু—। নুংশি-চান্ননা হীংমীন্নবা, মখোয়না খক পামদে—। মখোয় মীওইবা কাংবু, হিংহনবা পামদে—। অনিশুবা লাঞ্চাওনা মীওইবশিংদা হিংওমদবা চৈনা পীররে। মসিদশু—মখোয় পেনবা লৈতে। মরমসিনবু খুৎলায় থাদোকপা- মীওবইশিংগী অমত্ত ওায়রবা হিংমীন্নবগী লম্বি—হায়বসি মখোয়না ওসিফাওবা য়াদহুনা লৈনরি-বা নত্তরা? মখোয়না লম্বি অসিগী মায়োক্তা তমথিবা মী চাবা খুৎলায় শারি, মদুদা, মখোয়না খল্লি মালেমসি তুম্না মাওখিবা—। মখোয় খঙদে, মালেমসিনা তুমখিবদা মখোয়শু য়াওখিগনি হায়বসি—। মদুনা পুরক্কদবদু! অকিবগী মশক্কি অদুনবু ঐনা লাওবনি—।

ঐনা হল্লসি হায়গে খল্লিডৈ মহাক্ক কন্ন লাওরকই।
"ঐখোয়বু ঈনিং তমহল্লু ," হঙলকই "চুমদবরা?"
ঐহাক মাবু খামখিদে। পাওখুমশু পীখিদে।

ঈচীন ফাজল্লবা ঐদি খোল্লাও অসি ঙসী লাওঙমদ্রে, ঐনা খন্দুনা লৈ 'পাম্মী। পাম্বদী পামজে। মীওইবগীদমক মীওইবা পুম্বা হৌত্নুনা অঙাওবসিগুম—অশুম লাওনবা'।

( ১৭ )

মরিশুবা আসাম রাইফল্সদগী বেঙগুন খোঙলকই। অদুগা ঐনা, রাঙথৈগী লম্বি লমজাওদা হাইনা ত্তুন্না চৎপদা বেঙগুন খোঙত্নুনা লাকই হায়বগী খৎনবা মৈতৈ নিংথৌ মচাশিংদু খংনীং নিংশংলকই। করিগুম্বা মতম অমদা কোরিনা শাবা বেঙগুনব্ কয়াদা লুনা খন্নরমখ্রবা! করিগুম্বা মতমদা—।

ঙহাক্তং লৈবগা মুমীদাংগী পুং নীপান তারকপগী কাং-শীগী খোঙ্গেলদু ঙঙনা ঙঙনা নীপানলক খীংলকই! মতমদি অশুম অশুম থেঙজল্লকই. অতিয়াগী থাবলদী করিশু চাং হন্দ্রমদে—। ঐনা অতিয়াদা. অঙৌবা থাবলগী ঈপোমদা ঈখোলাংনা য়েংলুই । ঐগী থম্মোঈমুং মীকুপ্পুংশু হাংথীদে—। পুন্সিগী হৌগ্রবা রারীশিংদু নোংথাংগুম্নত্নুনা ঐগী থম্মোঈদা য়াম্না খোংলৈ থুনা শন্দোক্লরকই অদুগা অমংবা নোংহৌলক্ত তিনখিঙৈ

নোংথাংগুম্নদুনা য়াম্না খোংলৈ থ্‌না থ্‌না অমুক ৱারীশিংদু শকমাংনখী।

"অমুক হল্লসি—" ঐনা হায়—

মহাক করিগু থুমলক্কে। অদুবু, ঐনা মায় লৈবগা মাগু মমায় অদুম লৈদুনা ঐনা চিংবা মায়কৈদা চৎলকই। মখোংগী খোংথাং অমতং থাংবগা মহাক্ক ভাংলকই।

"মীওইবা কাংবু অমগু লৈরি—থা শুদনা পোকপা অঙাং-গুম্বা—। হা হা হা হা" মহাক্ক নীং তম্ন নোকই অদুগা হায় "মখোয়না তাবা য়াদবা ৱা ভাংলি মিলিটেরিলাইজেশন অদুগা লোয়নবা লালগী শেম শানবা অসিতনা তেংবানবদা থবক ফঙনদ-দুনা ৱানরিবসি কোকহনবা ঙমগনি—! সিবু নহাক য়ানীংগদো—?

লেপ্পুনা লাল শোক্লবনা লালমী মশীং য়াম্না লৌশনবা ঙমগনি—লেপ্পুনা লাল থেঙনবনা থুংগু থুংলাই য়াম্না শাফম থোক্কনী অমম্লুং থবক শুবা মীশীং য়াম্না লৌশনবা ঙমগনী—মসিতনা থবক ফঙদবা মী থবক পীবা ঙমগনি হায়বসিমক অফাওবা নুপা অমনা হায়খিবা ঐহাকস্তু লাইরিক অমদা থেঙনখরে—। ৱাফম অসিনা তাকপবু মীওইবা কাংবুগী ওইবা মুংশিনবগী মরী. চান্নবগী শক্তম, অদুগা লৈমিন-হিংমিন্নবদু থ্‌গায়দুনা অংম অঙম হাংতোক্লবা নত্তরগা নমথনবা,—মীহৌরোনগী ওইবা নীংশংবা থোক্তরবা চহীগী মতমদা চৎনখীবা শাগুম্বা মীওইবশিংগী লমচৎতু অমুক লৌশনসি চৎনসি হায়বা নত্তরা? ঐহাক মঙোন্দ করিগু থুমদে। বাওপরা (বাবু পরা) গী লমজংদুদা মায় লৈশন্দুনা চংশল্লী। মাগু।

"লোজিকপী মতুং ইন্না নং ঐ হেক ময়েংসি মানা হায়রিবসিদি মীওইবশিংনা মুংশিনা লৈমিন-হিংমীন্নবগী মতুং—, মীওইবা কাংবুনা মীওইবা কাংবুবু তুম্না হাৎতোকপা ঙম্বা, তমথীবা খুৎশু খুৎলায়শিং শানদুনা অঙম্বা খরতংনা তেংবানবসিদা হিংনবা হোৎনৌ সি ওইরোইদ্র -- ?"

মহাক তুমিন লৈখি।

লৈরসমু। ঐহাক রাখল খনবদা য়াম্ন চীক্ল খনবা ঙমলকই। ঙাংলিবা অসিগা মরী লৈনবা রাখল নত্তে। রাখলবু কনানা তান্থোকপা ঙম্বগে— ? ঐহাক মীকুপ অমা অনীসিদা মহাক অমসুং লৈশাবী মুঙশিতোম্বী মখোয় অনীগী থোকখিবা, থৌদোক-শিংদু ঈমীৎতা শং শং উরকই। মতমদু পামুঈ—। অমুক ফঙলরোই। মুংশিবা হায়বদুবু তগুপ তরায় ফংহৈবা পোৎশক্লা নত্তে। ফংহৈদে—। ফংহৈবা নত্তে। মহাক্তি তাংই—, চহী চা কয়া কয়াগী মমুংদা তোমথিন্নবা মীশক খরতংদা, মহাক্লা পুন্সি পুন্সিশিংদুগী মফমদা কুপথ্রবা লৈতেং ওইনা নপ-নপতুনা লাকই। অদুগুম্বা কুপ্লবা ফংহৈদ্রবা খুৎমুংশি অদু থোৎচবী হকচাংদা নপলকই, অদুগা, মুপীমচাদুনা তরং তরংলবা থম্মোঈদু ঐগী মরুপসিগী মকা কৎচখিবনি, ঐহাক খংই। অনৌবা তাইবংগী লমচৎ অমা অমুক ফাওরক্লে—মুংশিববু অরা মৈচাক্তী হৌরকফম ওইনা লৌনরক্লবা, অদুগা মখোয়গী মফমদা মতুম্মু চুমথ্রবা—! মমল রাম্লবা ফমথক য়াতামিন্নবগী মীকুপ নত্তরগা অহিং,—অদুমু মখোয়গী মফমদা লাকখ্রিদ্রবা থম্মোঈ চাকথ্রবা। চুম্রে। মখোয় রানখরে—! মুংশিরুবদগী—।

মতমতুদা-- ।

নুপীমচাতুনা মঙোন্দা হায়জখি ( য়াম্ন থম্মোঈশোক্ন! ঐহাক তাখী। )

"তাচৌ অশেংবতু হায়রো ?' ( নুপীমচাতুনা মাবু তাচৌ কৌই।)

"অশেংবা— ? করিনো ? ঐগী ঈয়ুম—ঐগী ফিভম, অপাম্বা পামদবা." অঙৌনা হায়খি—" অতুগা ঈমা ঈপা—নংনা খংদবা করি লৈ ?"

"তাচৌগী থম্মোঈতুদী ঐ খংদে—"

"ঐগী থম্মোঈ ? হা হা হা" অঙৌনা নোকই অতুগা নুপী-মচাতুবু হৌখিডে, অতুগুম্বা নুমীদাংৱাইরমতুদা চৈহৎপীখি—"তুত—। শেনতুম লৈব্রা— ? খরা পীয়ু— চা থকলুগে— ।"

নুপীমচাতু পেহৌ পেহৌ তুম্বিন তোকখী— । ঐস্ন থনখী— চুম্মী, থুপথ্রবা মীওইবগী লু-তোঙ, উনশা শরু অতুগা পুম্নমক্কী মথক, নংলবা অঙাংবা ঈনা লৈরোল কয়া চনশন্দুনা কুপশন থমজনগ্রবা থম্মোঈবুদি মপান থোঙগী মীৎ অনীসিদা কৈদগী খংজ-উজ ঙমগনি ! অতুগী থৌনাতুবু নোংদম্বনা মীওইবশিংদা পীনবীরম্বরা ?

নোংমদি ঈমুং অতু য়াম্ন চিকখী— ।

নুমীত্তু স্নু অঙৌগী য়ুমদনি। ঐনা চাকশং মরুমদা লৈ, অতুগা মখোয়নীদা মাগী ফমুং মনাক্তা ৱারী শামীন্নখি— ।

"ঐহাক লাইরিক তম্বা তোকউ হায়রে" মুপীমচাতুনা হৌই "তোকঅনি —।"

"তোকউ—মাম্মখোয়না পাম্বদু তৌ—। মখোয়না পাম্বতা।"

"অদু হায়গনু—। ঐনা তোঙ্গীংদুনা তোকপনি। মখোয়না পাম্বদী ঐ থক তৌরম্লোই। মখোয়না পাম্বদগী তোঙ্কদবা নাত্তু খংব্রা ?"

"লম হনবী মুপীমচা ওইগে অসিরা ?"

"নং খংবরা" মুপীমচাতুনা হায় 'তাচৌ খংঙব্রা ? মখোয়না করি পাম্মী হায়বা—?"

'খংই। মচামুপীনি, নপুন্ডিদু মুংঙাইনবা শীল্লি, লম হেনগনু —।"

"অদু —!" মুপীমচাতুনা ওহাক লকক্লরুরগা হায়রকই "অদু—। লৈরক রংমগী কোক্তাংবা—। মশানগু খংদমাল্লে—।"

"তুমিন লৈয়ু—" অঙৌনা চৈহৎপী—"চৎলু, অমুক কোয়কৌ কৌনরক্কনী।" 'তুমিন তুমিন লৈনখি—। য়াম্ন চৈনখি। মরোল মরী অমত্তু লৌফম খংনদনা নীঙশা ঈফুন ফুননা মখোয়নী বা ঙাংনখি। ঐ করিগু থিগৎলুদে—অশাংবা, ফুঙ্গরবী মুপীমচাতুনা হোন্দোকখিবী নিঙশা থুংহোলগী শাহুমশিংতুনা ঐহাক ময়্নবা চাকশংগী কাতুপতুদা তাখিবা—। 'সিমন্তু, হৌখিবা পুন্সিগী নীংশং রারী হায়বদু ওইররে হুজিক্তি।'

'সিদি ! কায়নরমদাইগী রারীনি অসিদি—।

ঙম্নমক অরেম্ব তারমাল্লে—মুঙশিতোম্বীনা ঐবু কৌরক্তুনা অরোয়বা ওইনা, মুমিত্তুদা হঙখি—। রাফম কয়া। ঐহাক

মীংশংলি, ঐহাক ৱাহং থুদিং, চীনবাম্নদবা ঈতৌ তুমীন্নতা লৈরক্লবদা নুপীমচা ওইবী হৌনশা নুপা মাং ঈকায় ঈহুন্নজরক, নৌরবী মমায়গী মায়থোংহুনা তওাং তওাংলহুনা, অদুগা খোঞ্জেলনা পুখ্রানরগৈ মৈচাক পুরবী নুপীগুম তনীক তনীক ঐঙোন্দা হায়খী।

"খংজরে তাদা। মহাক ঐহাক—। থুংনবা ওইদরে থক। মহাক লাইরৈ, ঐ খংই. অদুবু ঐহাক ঈচীনমক্ল হৌজ হৌজ হায়রে মাঙোন্দা—। ফরে।" মপি তাখী নুমীত্তু "ফৈ। মহাক্ল পাম্বত্ ঐ তৌগনি—।"

নুমীত্তুদি মপি শীন্থ শীন্থ অরেম্বদা হৌখ্রেদনা—।

নোংমা অমা—। (ঐনা কন্ন তক্লুনা মখোয় অন অরোইবা ওয়না অচীকপা ঈমুংহুদা উনহল্লি।)

"তাচৌ—" নুপীমচাহুনা হায় "নংনা পাম্বত্ হুজিক হায়রো।"

"চৎলো। ঐ—" অঙৌনা থৌনা য়াওদনা হায় "ঐ ঐ ঐ, । করি কান্নে তত্তনা হংলগা? ৱা লোইখরবদ।"

"লোইনদ্রি—ঐহাক্ল ওম্লোই হায়রগা অদুম তোকখিগনী।"

"মরমহুনি। নং করিগী ওম্লোইদৌরিবনো—?"

"লৈ—। অদুবু, নংন থিঙহুনা লৈরিবনি—।"

"করি—?"

"ঈবাম্লিগী মরিসি পাবুংখোয় ঈমাখোয়দা খংহনগে য়াদ্রিবহুনি। খংলবদি মখোয়স্তু অস্তুম তৌরম্লোই।"

"হুজিকপু!" অঙৌনা কীনা হায় "ঐ ওম্লোই—।"

"ঐন হায়গনি—"

' মুঙশি —নংনা শেংনা হায়দোক্কদবা লৈরবা, নং ঐ পুন্সিগী লম্বীসি করুগনী —"

"ঐনা হায়গনী 'ঐ লুহোংবা ঙম্লোই' করিগুম্বা মরমদু তাকউ হায়না তকশল্লকুবদী— ঐহাক, ঐখোয়নীগী ৱারীসি ঈমাদা লীগনি—। মখোয় য়ানগনী। নং করম্বা মীশক্লো হায়বশু মখোয়না হেন্না খংলিবা নত্তরা? য়ারোই খনবরা— ?"

"পুন্নমক্তু তোকউ মুঙশি. মতমদু য়ৌদ্রিঙৈ নংনা অহল লমনশিংদা শম্নাতং হেক খংহল্লবা, নোংঙানবগা, ঐহাক্কী তৌ-রমগদবা ঈতৌদু নংনা য়েংঙমগনী নীংদে। "

"ঙমগনী। মীকুপ খরতং ঈকায়বনা মায় ঙাংবদুরা?"

"নত্তে। ঐ অদুক ৱা খংদবা ঈতৌদুদি উৎলম্লোই।"

"করিনো? তৌগদৌরিবদু? ঐদি হায়দোক্লগনী।"

"মুঙশি! নং থাজো মদু হেক তাবগা ঐ"

"করি" মরক থংখী "করি তৌনি নং?"

"থরায় থারমগনী, হু চাদুনা," অঙৌ অশাংবা নিঙশা হোল্লদুনা তুকশনখী "হু চারমগনী থাজো। ঙম্মোইদবা মাল-মগনী। মীওইবনবু শিনীংবরা? অদুবু, মীওইবগী মফমদা শিথিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফবা তমথীবা মতমশিং লাকই হায়বশু ঙন্নমক্ল খংনদুনা লৈ।

"তাচৌ"

"কৌগন্নু" অঙৌনা মরক থৎপীখি "নং অকিবা ফংলে। নংগী নচীন্দ ঐগী থরায় লৈখ্রবনী নং খংউ।"

মুপীমচাহ্, ঐ কাওদরি কয়াদা থম্মোঙ্গ শোকথ্রবা !

মুমীত্তুগী অতিয়াহুবু কমদোখিবগে ? নোংহৌ ফুইখিদবরা ? অথাকপা নোং চুখিদবরা ? ঙসিদী, মহ্ পুন্নমক্তু ঐশু নীংশংবা থোক্তনা লৈররে !

( ১৮ )

কনানা করি হায়থী ?

মতমতুদি কনানশু করি হায়নখিদ্রে। য়াম্ন চীকশন্নথী। তশেংনমকশু মখোয় অনি কায়নখ্রে। লোইনখ্রে। অনিগী ব্রারিহ্ ঙসিদি লাঙ্গং থৌব লালমী অমগী পোৎলোয়থ্রবা, তুমথ্রবা হকচাং পোলাংদগী ওনথোরকপা মৈথুগুম্নখরে অত্তুগা শক থংদনা, তেংবানগী অপাইবা নুংশিৎলক্তু তিনখরে। চৎনবী, ঈকায়বা, লৈতবা, লাইরবা, অত্তুগা লোনচৎ, পুম্নমক মমাংদা ঈচং থৌননা পুনশন্নহুনা লেপখিঙৈ অশেংবা থম্মোঙ্গ থম্মোঙ্গী নুংশিগী লানফমদা মখোয়নী অত্তুক ওমচাক্লনা মায়থীনখিবা নত্তরা ? হুজীক্তী তমথীথ্রবা পুংফমশিংদা মঙায়নহোরে।

"ঐ, ঐ, ঐ," তুমীন তুমীন চৎনরিঙৈ ঙাংলকই "ঐ হায়ব-

সিনা মরুম্মমাল্লে মরুপ, তাইবংসি। ঐ ঈমানাহায় 'ঐদী ব্বারেদা' ঐশু নোংমা হায় 'ঐদী ব্বারেদা,' নংশু হায়রমগনী। হায়দ্রাও?" হওলম্লগা ঈশৈ শকলকই।—

'ঐদী ব্বারেদা

লৈকাং চারেদা'। সিনি ঙা হা। হা।" "মরমসিদগী" মখা তারক্কই! "ঐ ঐগী মরাল লৈরবা, মমা লৈবাক্কীদমক্তা পি তাবা হৈক্রবা মীৎ-মীৎশিংসিদা হান্নবা মমা লৈবাকীদমক্ত পি তাহনবা ঙম্নবা হোৎননফম থোক্তবরা—? ঈমা লৈবাক্কী-দমক্তা—ঐ—। মসি হায়রুরগা, তেংবানবগী ওইনা খন্দে, মমা লৈবাক্তগী ওইনা খল্লী হায়না য়াম্ন ব্বাখল নেম্বা, পুকচেল পীকপা মী তাগনী—। অহুব্ব মৈত্রাবাকসিদি? মাংখিগনি—। তেংবানবগী ওইবা শক্তমদগী ঈমা লৈবাকসি মাংখিগনী। ঈমা লৈবাকসি লৈতরবা, নং ঐ ঐখোয় কদায়দা খোং থাগদৌরী? চৎফম লৈরোই—।" ব্বা ঙাংবা লেপ্ত্না চপ লেপখী।

ঐনা হায়—

"কৈদৌরে চপ লেপ্লবদী? চৎসি লাকউ! থেংলে।"

"নুংঙাইদ্রা?" হওলকই'সিনি, হয়েং মৈত্রবাক লৈত্রবদা মৈতৈ মচাশিংনা চপ চপ লেপ্লগদৌবহু।"

ঐহাক তুমিন লৈ। (থম্মোঈদা অকীবা পোকলকই।)

অরংব থাবলগী মঙালনা য়াম্ন ঈংনা মৈতৈ মচা ঐগী হকচাংদা কুবীরকই। থম্মোঈদা নাপন্নজে "ও; তোল্লবগী তোল্লবা। লমজীং য়াওদ্রবা, মপী কায়নঙৈ শন্নাওগুম্লরবা ঐহাক্রী। তোলসু। ঈমা, ঈমালৈবাকতি, লৈরিদনা ঙসিশু।

( ১৯ )

লম্বীতুদা মা ঐ চৎলী।

(অচিকপা খুন অসিগী মমীং বাওপরা, বাবু পরা, নত্তরগা বঙ্গালী পরা, অমা হেক কৌবা য়াই। অহুমসিগী মনুংদা অহানবা, অকোনবা অতুগা ময়াই, অমা হেক হায়তুনা সনা কৈথেনদগী রীকশা নেকপদা রিকশা থোবতুনা শোয়দনা থংগনী, মফমসিদা পুরক্কনী) লম্বীগী নাকন্দ মরু চাওরবা উপাম্বী অমা হৌই—। লাইওট্টরবা মতৌ য়েংবদা অকীবা পোক্লে। ফল্লবা মশা মরেংশিংতুনা, চৈরাক রাওমা লাল্লকভে ফানা পুম্ন

ভমদ্রবা অভাওবা মীওইবা অমগী মতৌ মালহল্লে। মহাক্কী মপাগী ওইবমখৈ, অথুবা লম্বীহু, মহাক্কী মনা পুংলবা অফনবা মশাশিংনা, কুপশনবমখৈ শন্দোকই। মহাক মহুনশু পেন্দে—খা রাং অমদি মনীং, মহাক্কী মনাক নরু লৈরিবা চেক্সী য়ুমশিংহুগী য়ুমথকশিংদা, মশামরেংশিংহু, শীন থুংনা ফন্দোক্লুনা লৈ। অচীকপা অহীং ওইরকপগা, থাবলনা ফবগা, অমুক, অথুবা, মী চত্রবা লম্বীগা ওইবগা উপাম্বীহুগী অকীবা হেনগংলকই। মহাক রা ভাংলকদোবা মাল্লি। লাও-খোংলকদবা মাল্লি। ঐখোয় অনীবু ফজনখিগদোবা মাল্লি। (—অশুম্ন অচৌবা উহুগী মরমদা মীকুপ খরতং কায়থোকখী—) ঐহাক তুমিন চংখি। ঐগী রাথম্ন পুন্সিগী মরমদা, য়াম্ন থাজফম লৈত্রবা পুন্সিগী মরমদা খন্থগে হায়না কন্ন কন্ন তেমশিংলকই। পুন্সি—! মাম্নি পুন্সিগী মরমদনী। শা ভাগী নত্তে। মীওইবাতংগীনি—। মীওইবগী পুন্সি—! খন্থরুভৈ, থম্মোইদা অকীবা পোকলকই অহুগা পুন্সিবু ঐহাক রারোৌজরকই। পুন্সিবু খুংশেম্না ? মহাক্কী হৌগ্রবা ভরাংগী রারীগুম্বনী—। শেমদোকপা য়াদ্রবা। লৈবাক অমনা চাওখৎলকপগা পুন্সি অমনা চাওখৎলকপগা থক মান্ননা খনবা ঐ পামদ্রে। লৈবাক হৌহুনা অকনবা লানথোং লালথেংদা মখোয় মীনায় য়োংহল্লীং কোকলকপা য়াই, লিঙজল মান্নবনা মখোয় চাওখৎপা লৈবাক অম্ন ওইরকপা য়াই। মতৌসিগা মীওইবগী লোম্না-লোনথুপম্নরবা পুন্সিদদী থক মান্নবা য়ারোই—। লিঙজেল পান্দবা, থৌনা লৈতবা

কয়া কনাগীগু মনাই ওইদে—অচুগা অরাবা খংজদ্রবা কয়া থবক কয় শুচুনগু নোংমতংগী চরা তম্বা ঙমদনা লৈরি। করিগুম্বা পুন্সিনা খুৎশেম ওইরম্লবা অশুক চাওখৎলবা তাইবংসিদা, চৎনবা য়াম্দব ফত্তবা, অথীবা পুন্সি লৈরমখিগদ্রা? ঙম্লমক শেমদোক্লরমগনী মরমদি মীওইবা খুদিংমক য়াম্ন ফজবা অরংবা অফবা পুন্সি পাম্লচুনা লৈরি। কুপ্ল নৈনরুদ্রবগু, পুন্সি অসিমক খুমশেম নত্তে হায়বসিতং খংলম্বা থোক্লবদী—কায়নৈ হায়ব-গীদমক্ত মুপীমচাচুনা ঐগী মরূপসিদা অরাবা, ঈকায়বা, মুংশুরুবা নত্তরগা, নত্তরগা,—,করি অমত্তশু উৎলমলোই অচুগা থমলম্লোই খল্লী। মাবু মথৌনা য়াওদবা মীশক্লী হায়না খক খনলম্লোই—। মসি ঙম্লমক্ল য়ানগনী—মীওইবগী লাইবক্ল তমলদ্রবদা ঈখুৎনা থাজবা হৈ পাম্বিগী মহৈ য়াতোল তংঙম্লদে অচুগা মীওইবগী পুন্সিনবু তমওম্লবা, চীংদোল মাপল লান, থাপ্লবা শংখংদবা লৈবাক্কী নীংডোন, শংখংদবা লৈবাক্তা লাক্লুনা-মৌ ওইরম্লে—। (খন্ন খন্ন ঐহাক করিগুম্বা খরা শোনখিবর) মহাক্ল হঙলকখী

“করিনো? মুক্লম মুক্লম শোল্লিবচু—?”

“কৈস্লু নত্তেদা—।”

“য়েংল্ট—” মহাক্ল মখা তারকই “য়েংঙু, ’সিদা উল্লিবা অমনবা য়ুমসিল্লি—রোমা মুখরজী হায়বী বেঙ্গোলি লৈশাবী-দুল্লী য়ুমচু।”

“রোমা—? মুখরজী—”

“হোয়—। রোমা মুখরজী। থোংনাওসি মৈ থাল্লি—, মসি

মহাক্কী কাত্তুপ ওইরবমগনী— ।'' তুমিন লৈখী ।

রোমা মুখরজী—! ঐ খংই। বেঙ্গোলি লৈশাবীনি। মাগা কোলেজ তম্মীন্নরকপী, ক্লাস অমত্তদা—। অতুগা লৈশা-ম্বিসিগী শরুক অমগু য়াম্ন চাওনা কনশন্দুনা ঐগী মরুপসিগী পুন্সিগী ৱারী মন্নুংদা লৈ। মহৌশানা অঙাওবা মতৌগী হৌনবা, মুপীমচাসিনা কয়ামুক মুংশিখিবগে হায়বত্থ কাওরম্বমক থোক্লবস্থ, ঙসী থোদোকশিংতুগী খুদম ওইনা,) ঐ, লেংদনা লৈরি। থোদোকশিংতু নীংশংলিব্রা খংনীংতুনা ঐনা হঙই—

"রোমা মুখরজী— ?

"হোয়নে—" মানা খুমলকই—"মহাক্কী হুজীক কোলেজগী প্রোফেসার ওইখ্রেদনা—তোলোব চামরী—চানীপান ফাও!—"

"মহাকপুগু নীংশংলকইবোইরে— ।"

''করিগী নীংশংদনী—'' মানা থোশাদনা খুমই—। "নীং-শংলী ঐদী"

"থোদোকশিংতুদি ?'' ঐনা হঙই "নীংশংলিবরা—?"

হঙনা হঙনা ঐনা বেরী লোথোক্তুনা পী মাগু লোনা লোনা হায়রকই

"মরুপ—লালগী মশীং অসি য়ামথ্ররেদা—। চহী লীশীং মঙাগা চামরী মুক অসিদা শোক্নখ্রিবা তেংবানবগী লাল অসি 'ফোরতিন থাউজন ফাইব হন্দ্রেদ থারটিন ৱারস—' সুইজ' সাইনটিশ অমনা হায়রিবনী, অতুগা শিখিবনা মশিং 'মিলিওন থ্রি থাউজন সিক্স হন্দ্রেদ এন্দ ফোরটি—। কয়াদা য়ামথ্রবা—। হুজীক হিঙলিবা তাইবংপানবগী অশুপ্না মীশিংদগী শিথ্রিবসিনবু

হেন্নিব্রা'? কয়াদা য়ামগ্রবা থোদোক্লা অদুগা কালনো- ?" ঐ তুমিন তায়। মখা তারকই "ঐগীশু মসি মঙায়। হেক পোক-পদগী ঙসীফাওবগী চহী কুন্থ্রুক শুবা চহীগী মতম অসি ফাওবদা মীকুপ থুদিংগী থোবগ্রবা থোদোকশিং মিশিঙনদা পারম্নু,—ওইবা য়ারোই। ঐগী পুন্সিগী থোদোক হোৎচনবীনবা কনাশু লৈত্রে—" মহাক্ন ঐঙোন্দা হঙবগুম হায় "হঙজিবদু ঐ খংদে করম্বা ঐগী পুন্সিগী মীকুপ অমগী থোদোক্লা হায়বা"

ঐনদুম লানবা তারে। ঐহাক্ন নোক্লদুনা হায়—

"তোক্লো, থোদোক্তু হায়রম্নু। ঐহাক হঙলরোই—।"

"হায়রোই' মহাকশু নোকই। অদুগা ঈশৈদু শক্লৎলকই—। য়াম্না মুংশিবা ঈশৈ অমা। ঐনা তারীঙৈ মহাক ঈশৈদু খংতোক তোকথোক্লগা অনীশুবা ঈশৈ অমা শকলকই—

( অনীশুবা ঈশৈ )

'শাবী ঈবেম-মা

থঙলেন-ন-ঈমান

মচা মক্তন-বু পামমুবী,"

অদুগা হৌনা হৌনা নোকলকই— "হা হা। মসিবু হেক শকলুর-বদী, মরপ, মতমগী পাখংশিংসিনা খরা খরা তৌবিরিবা সজাম'সি থবৎ ককথৎপীখিদৌনী—। অরীবা ঈশৈ, অরীবা মীওই—মখোয়না পাম্নদে। খংতেদনা? নং ঐ ওইবগী শক্লীবনী অসি।"

"ঙাইখো" ঐনা হায় "অহানবগী ঈশৈদু মৈতৈরোন্দা অমুক্তা হন্দাকউ তাগে—"

"পুন্সি—" মানা হন্দোকপা হৌই "পুন্সিগী রাশকী, নত্তরগা— ।

'লেংদবা পুন্সিগী ঈরাশক্কী চান্নবী,
ওইথ্রে মংগীতা ঐসে।
চীনচুপ্পবীয়ু ঐবু কপহনগনু মুংশিবী,
ঐগী পিনা মালেম'সি থুমখ্রগনি— ।'

অসি ওইবা তায়নে—। পুন্সি কংলিবনি— ।" মহাক্ত মথা তারকই "পুন্সি কংলকপসি ঈপামবু পামনদ্রে, চাক চরা অমনবু, হেন্না লুনা থন্নরক্কবা মতমসিদা। নত্তরা ?"

"নংবু—" ঐনা থংলীংদুনা হঙই "নংবু পুন্সিগী মরমদা থরতং পম্বিব্রা — ?"

"অং" মহাক্ত খুমলকই "হান্নদী থনলমমীদনা। কুইরে। কুইরে থন্দবা –" অদুগা মহাক্ত ঈখং খংহৌদনা নোকলকই— "হা হা হা হা"

লেপ্তে – মহাক শীথ-শীথ নোকলম্মী
"হা হা হা, হা হা হা হা হা হা । ও!"

মাগী হন্দক্ নোকলক্লীবা মতৌসিদি ঐহাক অকীবা অমা পোকই, শোরি পারি থল্লক্লদুনা মাবু থামদুনা কৌই।

' অঙৌ! অঙৌ!"
"ও! হা হা" লেপ্তে "ও! হা হা— ।"
"অঙৌ—নংবু। অশুক থেংলবদ্রা, করিনো ?"

'হা হা হা। অঃ অঃ—" নোৱন্নগা মহাক্ল য়াম্ন ৱানা হন্তরক্তুনা, নিঙশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা হায়রকই—"ককচেংতুনশু পুন্সি অমা লৈরবনি মহায়, তৌবমকশু, পীকথ্রবা ককচেংনীং-তুমবীতুদা মকোয়শু চোমহল্লকই। কনানবু পানশনবীরিবনো খংদে।" নোকই "খংদে—হা হা 'life is spontaneous, autonomous, it is self active, self adjusting self preserving, self repaering, self increasing. self perpetuating—," হঙলকই "কনাগী খুৎ চংবা য়ারিসে—, য়ারিব্রা ?" মানা হায়— "থাবল মুৎথিনি। নং ঐ কায়নগনি। অমম্বদা কোয়বদি নংশু তল্লমগনী।"

ঐ—তুমিন লৈ। চুম্মী, অমম্বা হায়দসিমক্তবু লংশঞ্জবগী মশক্নী।

## ( ২০ )

অমম্বা !!

মান্নী, অমম্বা ! অমম্বা কোকহনবা ঙম্বগীদমক্ত মালেমগী লৈওন্নখিঙৈ, অনৌবা মতমদা হিংখিবা থায়নইগী মীওইবশিংনা অতিয়াগী মুমীৎপু মখোয়গী লাইনি হায়না নীংনখিবনী—। মরাল

লৈরবশিংগা, অমম্বগা য়াম্না চুনৈ। অমম্বা মফমদা হুরানবনা লোৎনৈ, মতু চাওবা লিল অমম্বা শুরুংদা লৈনৈ, ওক্কবীশিং (মশক ফনা ফজতুনস্তু) সনা কৈথেলগী অমম্বা অরোনবা মফমদা পুন্সি হিংনৈ। অতুগা, শেন পাম্বা, লৈবাক্কী অওম-অথোৌশিংনা অমম্বা মফম অমস্তুং মতম য়েঙতুনা মুশিন মুশিন মুরবা লংজবগী মশক ফওলবা লৈত-লাই রশিংগী শেনশিংতু লৌশন্নৈ। অমম্বা অহীংদা মীওইবশিংনা অকীবা পোক্নৈ—, মতু কোক্লবগীদমক্কা শেন তিঙনতুনা—য়ুম য়ুম খুদিংগী এলেকত্রিক নত্তরগা থাওগী মৈ অমমম শোয়দনা থান্নগনী—।

ও! মৈ থানদবা য়ুম অমথক্কংদি পুন্সিসিদা থেঙনখরে—। ঐদি, মতুতনী থেঙনখিবা—। অহানবদা ঐনা খল্লুই 'তেংবান-বদবু মৈ থানদবা য়ুম লৈরমগদ্রা—? অতুবু থেঙনখি। য়ুমতু সনা কৈথেলগী মস্তুংমক্তদনী। পাখং অনীখক্ল মেলিটরি মরী মঙাগা ৱারী চীক্ল শান্নরম্বতু ঐ শা অককপা য়োনফম অমদা ঙহাক নোং থুপলিঙৈ তাখি। (মখোয়শু নোং থুপলম্বনী) অহানবদা মখোয়গী ৱারীদা ঐহাক করিশু খংবা ঙমলুদে। অতুবু, কাইনথংদা খংলক্লে,— ওক্কবী মুপী কোয়থি থিবগী ৱারীনি—মখোয়না মেলিটরিশিংতুদা ওক্কবী মুপী অমা পীগদৌরি অমুমুক্ত লুপা তরা তরা। মতুদা মেলিটরি অমনা 'মমল য়ামমল্লি, কলিকটা অতুগা বোম্বে ফাওবদা লুপা তরা য়োৌরবদী অফবা ফওলে' হায়—। মখোয়, ৱাফম অমা'নী ঙাংনরম্নগা পাখং মচীন তোংব অমনা মেলিটরিশিংতুদা মমল কাইল্লকই "ঙসিগীসিদি,

মশক খরা থীবগী ব্রানী হোবীলদার সাহেব, মুতিগী লাক্কদবী নত্তে। মমাংদগু অমুক্ত লাকখিদ্রি। মীথুৎ চনদ্রিবীনি। ঙসীদি লোয়না লৌয়াইদা কুম্নখরে, অতুনা, মেনেজরনা কৈথেন কারকপী অমা হেক্তা ফাবনী। চংউ—লুপা তরা তরা, নখোয় মঙা" পাখংতুনা ব্রা লোইশল্লি "কদায় ? পুন্না লুপা য়াংখৈ—। কদায়— ?" অনৌবী—কনাগগু উনখিদ্রিবীনি হায়রকপতুদা মেলিটরিশিংতু ঈয়েৎ য়েৎনরক্তনা শেন খায়নতুনা পাখংতুদা পীশল্লি—অতুগা শেন লৌশল্লিবা পাখংতুনা মখোয় অমমম পুশনতুনা অমম্বা ঈমুংতুদা নোম্থ নোম্থ চংনখি—। অসিনী।

তোক্লো। ব্রারী অতু অশুম খোকখি। অতুগা নোং-চাং হাংলবদা (য়াম্ন কুইরবগী মতুংদ) অমম্বা ঈমুংতুদগী চহী মীয়াই চল্লক্রবী মুপী অমা অপীকপা মচা অমা মনমদা পোতুনা, অতুগা চহী মরী হাইগৎলক্রবা মুপামচা অমা মথুংনা শম্নতুনা লম্বীদা থংথোক থোরকই, মী উহৌদনবা মতৌ—। ঐহাক লাপলপ ইন্নতুনা চৎলুই। করিগীনো ? মতুগু খংখিদে ঐ। অতুদগীদি, মচু মচুগী মৈঙান্ন লৈতেংবা সনা-কৈথেনগী মৈরক্তা মমায়থোংতু মকালামখি। পোৎ-চৈ য়োনফমদা মমীৎন য়াম্ন নীংতম্ন য়েঙখী—। অসিতনি।

নোংমগু,—নোংমা অমা—। ঈমাংমক্তদা, তরু তরুরবা, অশংবা অঙাংবা মচু মথলগী মৈঙান্ন লৈতেংলবা হোটেল অমদগী পুলিসশিংনা নত্তবা চীঞ্জাক (য়ুনচিংবা) কয়া ফাতুনা কাঙ থোঙ চাইখিবতু থেঙনখি। মতুদগু পুলিসশিংতুনা হায় 'মৈ থান্দবা

অমম্বা মফমদা নত্তবা চীঞ্জাকশিংহু লোৎলম্বনি' হায়না। অহুগা হোটেল মপুহুগী মরমহুদা ঐগী ঈনাক্ত লেপ্পা হন্নুবহুনা 'কনাগী হোটেলনিনা?' হণ্ডজরুবদদী লীচৈ পায়বা পুলিস নহাশিংহুনা খুমফম ঈখং খংজদবগুম রাফৈনখি—"চৎসে। লেংসে লেংসে, ময়াম ওমশিনবীরনো—মী চীল্লে।"

লৈবাক মচা পুন্নমক মহৈ মহৈ চৎনখি। কনানা খংনখিদে, হোটেল মপুহু কনানো হায়বা—। অহুবু, নোং ঙানবগী, অণ্ডনবা, অয়ুক্কী অণ্ডনবা পাওজেল চে অমদগীদি পুন্নমক্ত খংনৈ—হোটেল মপুহু ঈরৈবাক্কী চৈরাক পায়রিবা য়াম্ন চীং লেমগ্রবা. অণ্ডম্বা অমনি হায়বা। মহাক্কী মীখন লেপলমদাইদা মহাক্ত মীয়ামদা লাওখি। 'ঐবু লৈবাক মীয়ামগী থোগন ভোজবা ফংহনবিয়ু ।' ঐহাক ঙসিশু কাওদারি।

অহুবু, হুমিত্তুদি মহাকশু নত্তবা চীঞ্জাকশিংহুগুম অমম্বা মফম কেদনো লোৎখিমাল্লে মরৈবাক মচা হন্নুবহুনা মশক উবা ফংজখিদে। সিদনি।

নোংমা অমশু। মহুদি মপুরোইবা লৈরবী নুপী ফীশা-ফীয়েঞ্জবী, শমজীরৈ চাওবী মৈতৈ নুপী অমগী খংহৌদবা থৌদোক্কী রারীনি। মপুরোইবা অনোক থাংবহুনা মাবু চিঙনরকপা হৌজ-হৌজ ফনা য়ামলমলগনি খল্লি, মরমদি, হুমীত্তুদা লং লোবা চৎখিবী মাগী নুপীহুবু মহাক্ত লংয়োনবা 'কানিয়া' পুক্লোইবহুগী, অমম্বা কাহুদগী, থুপচানরমডৈ লোনচৎতুগা লোয়নন ফাখ্রিবহুনা খুদমনি। মথোনা য়াম্না লৈ মপুরোইবহু। মহাক্না, লাওফম

থোকপা ব্না-ব্না খরা লাওথ্রবস্থ য়াম্না তুমীন, ফমথক্তগী, হাক্তোম্নরিউৈ কারবী মাগী মুপী অমম্নং কানিয়া পুক্লোইবা মখোয় অনীবু মাগী ময়ুম তান্না পুখিগে তৌই। ময়াম্ন হওবদা মহাক্ত থুমই 'লৈকায় তাক্লগা মখোয় অনী লৌন-লৈনহল্লগে। ঐ করিমতা তৌজ-রোই— ।' ঐ য়েংহৈ-তাহৈবা ওমব্রতুনা অত্থুম লাকখি। খংদে, কমদৌনহৌবনো। তৌবদি মী চংদ্রবা চাক্লবা অমম্বা কা অমদগী ব্রারীসি হৌরকপনি—।

নীংশং নীংশংলুরগা থৌদোক রাথোকশিংসি অশুম য়াম-খৎলক্লে। তেংবানবগী য়ুম পুম্বা মৈ থান্দবা অমম্বা য়ুম ভাক্তা ওইতুনা লৈনবগুম, অমম্বা, ওক্তবা নত্তবা য়ুমগী মশীং অসি শুম শুম য়ামথৎলক্লে! য়ামথৎলক্লে। সিতনি! (খন্দুনা ঐহাক্লা তুমীন লৈরিউৈ) মহাক্ত চৎনা চৎনা হায়রকই—

"বেরীতু অমত্তগা থক্কে—" অত্থুগা, মহাক্ত মখা তাই "ও ! সিনিদো. ঐহাক মহাক্ত কায়নথ্রেদনা— ।"

"রোমাগা?" ঐনা বেরী পী "রোমা মুখরজীগা?"

"কনাগী রোমানো" বেরী লৌই "নংমক্লশু মহাকপু কয়াদা থুনা কাওরমথ্রবনো? ঐগী মুঙশিতোম্বীবু কাওরব্রা— ?" ঐনা লুই ইন্দুনা লৈরিউৈ— মহাক্ত কেরেপ ইনখি। কদৌনি— ? ঐশু হুজিক য়াম্ন মুংঙাইরি!" তুমীন লৈখি। ঐনা মৈখেৎ খেৎতুনা, মা-ঐ বেরী চম্মিন্নৈ। চিঙলুরগা, মহাক্ত ঙাংলকই "অসি ঙাক্তনি। পুম্নিগা মুংশিবগা করিশু মরি লৈনদে। লেপ্রোসি থুঙবী মুপীমগা অমনা চৌনথুমফি হাইদোক্তুনা চৌনচুপলোলাও হায়রক্লবদা চৌনচুপ্নগে

হায়না ঈচং য়াম্না থোন শেম-শারম্নবা মারকোপোলো— চীনাগী মীয়ামলক্ত হৌতুনা চেনখিবা নত্তরা? সিনেমাদু। নংশু য়েঙ-খিবদায়? হঙলমলগা হায়রকই "করিশু মরি লৈনদে। ঐগী খুদোং-থীরবা মতমসি লেনবা ফাওবদং, মহাক, ঙাইঙমদবী ওইখি। ফে।"

"অদুম ঙাংগনু— ।" ঐনা হায় "নংগী নরাননী, মুপীমচাদু করিশু লান্দে— ।"

মহাক তুমীন লৈ।

তশেংবমকশু মুঙশিতোম্বীদা করিগুম্বা মরান অমত্ত পীশনবা ঐহাক পামদে। মহাক লাঞ্জদবীনি। মহাক লুহোংখিগদৌবা মুমিৎ মঙা তরুকনিদা ঙায়রক্লবা ফাওবা মহাক্তগা উনদুনা মতম লেপ্পখিবীনি। (মতমদুদমু শম্বন মরুম মরুমদা মখোয়নী য়ারী শাখি— )

"হুজিক্তি লোইরে তাচৌ—" মহাক কপ্পগুম তৌখি।

"তুমীন লৈয়ু— ।"

"নহাক হুজিক্তি হু চাহৌররোই। য়াম্ন মুংঙাইহৌগনি।" হঙলকই "নত্তরা?"

"অং! ঐ হু চাররোই— ।" মহাক্ন করিশু থম্মোঙ্গ শোক্ত-বগুম খুমখি "পুন্সিগী চাররোই।"

তুমীন তুমীন লৈনৈ। মুপীমচাদু কপথী।

"চৎলো! লৌথোকউরো মুঙশি" অচৌনা হায়খি "পীরো"

"শেঙলব্রা?"

"শেঙলবনী"

"লৈরমখো—। ঐ লোইনা পীগনি। পুম্নমক, পুখো ছুজিক" নুপীমচাহু চংখী।

ঐহাক শম্বন রাংমদগী 'থম্মোঙ্গ অহুক কনগমু' হায়গে খনখী অহুবু নঙহৌদে—মতোমতা ঙায়হৌরবদা মহাক, নুপা ওইবগী মথৌনা পুম্বা মাংখিহুনা থম্মোঙ্গ হীক্ল হীক্ল কপলকই। অতিয়া— য়াম্ন শুকখি।

( ২১ )

মহাক্তি পুম্নমকসি খনবা নত্তে।

"মতমহুদা, ঐনা" মহাক্ল মখা তারকই "অহুগা ঈমা লুখ্রাবীনা, চানিংঙায় লৈরক্তুহুনা লফু ময়োন ফুৎ-ফুৎতুনা চাখীবহুবু কনা উবীখিবগে? তোক--ও! ঈমা ঈচাবুদি য়েংশনবিদ্রবশু তোকও। মমা লৈবাকসিফাওবদা হন্ম য়েংশন্নদে। ঐনা ঙাংলুবশু ঈতীক নত্তে। ঐহাক লাই নত্তে। মরমসিদগী ঐহাক, তশেংনমক, খুৎলায় পায়বা লালহৌ অমা পামখি—।" হংলকই "সিবু লানবরা? মহুগীদমক্ত পোলিসী প্রোগ্রাম য়াম্ন মূন্ন থন্থখি—।

শেন লৈতে। মরমসিদগী, খুৎলায় পা়য়বা লাল়হৌ অদুমশু ঐহাক তোক্লগে খনখি -! মসিবু লানবরা ? ঐখোয়গী- দি লৈবাক্কী ত্রেজরী থুগায়বা ঙমগদবা মী-পোক্কে। থৌনাদু, ঐশু চেন্দে। মীয়াম্মশু থৌনাদু পীনবীদে। অদুদগীদি ঐহাক পি, মীৎতগী চেন্থরকপা পিতগী ওইবা লান়হৌ অমা পামখি —। পিগী লান— । মদুশু লৈবাক মচা পুম্নমক্কী মমীৎ মমীৎতগী পি শীন্থনদ্রবদি ঐতগী ওইবা, ( লুখ্রবী মচা ঐগী মীৎ মচা অনীসিগী ) ঈপিতনা খুক ওইবা য়ারোই খনখী। মরমসিদগী মৈতৈ মচাশিংগী মমীৎ মমীৎতা মমা লৈবাক্কী অরাবসি করম উহনসিগে, অদুগা মখোয়গী মীৎতগী ঈহৌ কনলবা মপিশিংদু করম শীন্থহনসিগে হায়না খনখী—। মদুশু ঙমখিদ্রে ঐদী। মরমসিদগী, ঐহাক তুমীন তুকশনদুনা লৈখি— ।”

হঙলকই “লৈখিবা নত্তরো ?” ঐহাক পাওখুম অমত্তসু পীঙম- হৌদে মহাক্ন মখা থুনা তাথরকই “মহাক পুম্নমকসি করি অমত্তা উবীখিবা নত্তে”

“করিনো মানা উখিদ্রিবদু— ?”

“ঈমা-চা-না লফু ময়োল ফুৎতুনা রা ভাংনদবমখৈ পংচা- চাখিবদু।” মানা খুমলকই “ঐনা তুকশনখিবদু, হা ? মুমিত্তু, মহাক দোলাইথক নোমহৌ-নোমহৌ করিশু য়েঙশনলমদনা চংখী। খরগা নকপ়নে ঐদী য়েঙনীংদদনা য়েঙদে। ঈমুংদ তুমীন লৈখি। মানা লুহোংববু ঐনা করিগী য়েঙলুনী ? হুজীক্তী লানশু হৌহনবা ঙমদ্রে ঐ, মাশু লুহোংখরে, ঈমা লৈবাকশু

তৌওব্বী মৌ নহাগী কোথুর মতোনগুম মায়কৈ খংদনা হাইদুনা লৈরে, নংশু, ঐশু সিনা হেক ফৈ, নোকলকই "হা হা হা ।"

ঐহাক তুমীন লৈ ।

মী চত্রবা খুরবা লম্বীদুদা চিদাই ওইনা য়ুঙলিবা তেলিফোন লাইনগী খুটি অমগী মখোংদা মুশুক মুশুক, মী কাংবু অমা লৈরম্মী। অহানবদা তেক তেক অমদি কোং কোং লাওবা খোঞ্জেলশিংদু তারকপদা ঐখোয় ঙক্করম্মী. অদুবু, মখোয় পলাস পায়দুনা থবক শুব্রিবা লাইনমেনশিংনী খংনরকপদগী অঙকপদু হন্থনরকই। মখোয় অতৎপ ওয়ার ( তেলিফোন তরা ) শেম্ন-শম্নরী। মুপা অমনা খুটি মক্তোন্দা কাখৎতুনা তোঙদুনা লৈরী— । খঙদে, লালহৌবা কাংবুনা থদৎলমলিব্রা ? মদুবু হঙলুবা য়ারিব্রা ? হঙদে –। মা ঐ তুমীন তুমীন চংলৈ।

ঐহাক ( অচীকপা অহীং অমগী মরমদা, অদুগা, ইনথম থাজৎনরকঙৈ, অঙৈংবা মুঙশীংনা য়েরবদা অনৈবা পুম্বা মাংখ্রবা অরুবা ঈশীংনা থল্লবা পুখ্রী মচা অমা, অদুগা মনাক্কুদা মহাক্না য়াম্না তুমীন ফমলদুনা অঙাওবগুম তৌরম্বা মতৌ, মখোয় পুম্নমকপু নীংশংদুনা ) তুমীন চংখি!

মতমদু — । ঐহাক অহীং অহীং খুদীং মখোয়দা হেক হেক চত্তুনা মাবু হল্লকপ্রা হল্লক্কবরা হায়না য়েঙশনলম্মী— । হল্লক্কবা নুমীৎশিংদা ঈমা লুখ্রাবীদুবু শংদুনা ঐহাক মখোয়দা হেক হেক লেকখী। হল্লক্কবগী মরম থিগৎলুরগা, মহাক্না অথাপ অথাপ্প

লমশিংদা মী খোমলুবগী খোংচৎশিংদু ঐডোন্দা চিৎথদনা তমখী। ( মতমদু ফাওবা ঐহাক, মহাক ঙাওরে হায়বসি তশেঙনা খংখিদে-)

নোংমা—অহীং অমা।

নুমীতু, ঐ মহৌশাগুম মখোয়গী য়ুমদা চৎখী। অহীংদুদী, য়াম্ন চীকথ্রবা, অদুগা ৱাকচীং হৌগৎলকপনা ওস্থোক্ল ঈংথ্রবা মতমগী অহীং অমনী। অহানবদা, ঈমানা অমম্বদা, মাঙগোনগী উখোকতেন্দা ঙাদুনা লৈরম্বদু ঐহাক শুমাং মতোন্দগী উই—'ঙসি হল্লক্করমাল্লে' খনখী। মহাক হল্লক্কবদি তৌরমদরে। ঈমানা তাকপীরকই "চৎথোক্কে, ঙসাইদগী পুথ্রী মপানসিদা ফমলি চংলকউ হায়বশু য়াদে—" ঐহাক ইমুং চংশনলমদনা পুথ্রী মচাদুগী মপান্দা চংশন্দুনা মহাক উনখী। মমায় মায়থোং অদু কয়াদা শুকথরমথ্রবা! অদুগা অহীংদু, শক্কমদু, মরু ফুক্লবা উপাম্বীগুম পুন্সি' নবগী মরেক মহাও করিশু পকখিদে--। মচীন্দ করিগুম্বা ৱাহৈ খরা মহাক, মুরুম মুরুম শোন্দুনা লৈরম্মী। মহাক কায়নথ্রবী নুঙশিতোম্বীগীদমক্তা থম্মোঈনা অৱাবা পোৎলুম্নরম্বগুম তৌখী—। হৌখ্রবা মপুন্সিগীদমক্তা মহাক ৱারে। মসিদি মীওইবগী অদুগা পুন্সিগী মনাৎনী। ঐনা মতুংদা লেপতুনা ঙহাক মুন্ন য়েঙলম-তারম্নগা মাবু কৌই।

"অঙৌ!"

"কনানো ?"

"ঐনী—ঐ লাক্লীবনী। নং চৎথোক্করব্রা ?" ঐনা শমথৈ "লাকও ইমুং চংলসি।"

"কৈদৌরুসিগে ইমুংদা—" মহাক লৈথোকলমই 'মিরাঙ মরক্তুদা? ঐহাক লৈবা হৈনদ্রত্থুনা অসিদা ফমলিবনী—। অমনবা যুম ওই'তৌবরা ঐ, ইমুংদা লৈরিংমখৈ অনৌবা রাখল অমত্ত পোক্কে। অমনবা, হৌগ্রবা রাখলমক্ত। করিগুম্বদা, ঐগী ফমুংদা ঈপথগে হেক তৌবগা মহাক্ত ফম্নত্থু নীংশংলকই—করিগুম্বা, ঈমানা নাহেরকপগা, মহাক্ত ঈমাগী মনাক্তা ফমত্থুনা, ঈনে নং য়াম্না রারব্রা হুঙখিবত্থু, অত্থুগা মমীৎনা ঐঙোন্দা, চহী লীশীং লীশীং তমত্থুনস্থ লোইররোইদবা মরোল লোনবা মীৎয়েঙনা চৈরাক পীবগুম য়েঙখিবত্থু, অত্থুগা করিগুম্বদনা, ঐগী মোন অমস্থুং মোনপাক ফীদক্ত মশম-ঈশম নৈশনমিন্নখিবগী চুহৌরবা চেংহী নক্রগা মনম হ্মুংশিবা থাওগী মনমত্থু শেংখি-ইনখিবী ফীরোলগী মনমত্থু ঙম্নমক্তু নীংশংলকই। ঙসিদি মনমশিংত্থু চুরদরে, মত্থুগীদমক্ত ঐহাক, কল্লকপা পোকলকই। কান্নদে, ইমুংদ লৈরিমখৈ লম্বি অমত্ত পুথোকপা ঙমদে—'সিদা হেক ফমলবদগী" মহাক্ত চে লৌখত্ত্না উৎলম্নগা—"য়েঙউ—অনৌবা লম্বী অমা হেক মফঙই- ঙসি ফঙলিবা লম্বী অসি পান্দুনা লালহৌরবদী, ঐহাক থাজে, শোয়দনা মায়পাক্কনী ঈরৈবাক কনঙমগনী—। ফমলুরাও—! ঈংদরা? মসি য়েঙসি।"

ঐহাক ফমথরে। ঐনা হৌদোকই।

"লম্বীশিংত্থু থমখো-" ঐনা হায় "মাবু লাকলাক্রা অমুক্তা?"

"লাক্কে—মপাম অমা লৈ হায়রবফাও কাওগ্রপোৎনী—।" ভুমিন লৈখী। মফি মহুংদগী বেরি লৌথোরকই, ঐঙোন্দা অমা পী।

মৈখেৎ খেত্তুনা ঐগা বেরী চম্মিন্নরক্লগা মুৎত্রিবা মৈতুনা য়াম্না তপ্প চে মচেৎ অমদা মৈ চুথৎলকই— । "সিমতংদি খাক্কেখল্লম্বনি অতুবু করি তৌনি ? থাদোক্লগে ।"

ঐহাক থংনীং নীংশংলক্তুনা মৈতু ফুৎ মুথৎলী অতুগা চেজেংতু লৌশল্লি ।

"ও !" মহাক্ল য়াম্ন তম্বনা হায় "অমুক পাক্লরম্নু-- কৈদৌগে ? থাদোকথ্রসি— ।"

"ভাইখো —ময়ামতুদি —? থাদোকথ্রবরা ?"

"তাংগোয়তুনি —"

ঐগী ঈমাংদা অমুবা তাংগোয়শিং লৈরি ।

"অতুনা ফত্তবরা—" মানা হঙলকই । "ফত্তবরা মতু ?"

ঐহাক্তী, য়েঙতুনা লৈখি । করিশু পাঙথুম পীখিদে অহাংতু ।

ঐনা হল্লকপদা য়াম্না থেংলে । (চুম্মী—ঐ উরিপোক মচীন্দ লৈবা হোটেল অমদা চা গীলাস অমা থকখী— । মতমতুদা ঐনা চেজেক্তু পাখি । মৈনা চাকথৎপা হৌখিবনা অতৈদি পাফম থংজ্রে )

"— রীগী — ? মতুগীদমক্তা ঐহাক করিশু থংদে-- । তাচৌ, নহাক থংলকনী মতম অমদা, ঐনা নংবু করম্ন খনবগে হায়বতু । ঈমা ঈপাদা নং ঐগী লৈনরিবা মরীসি তাকথোক্লনা থংদবসি থংহনসি মতুদা মখোয়না খক য়াদবা তৌরোই— অতুবু নহাক্ল অতুক তমথীবা রাশক অতু শক্লনা ( নংনা 'হেক তাকপগা হু চাতুনা শিরমগনী, হায়বতু ) ঐবু তাহল্লে । ফৈ, ঐ করিশু হায়রমদনা

চৎখিগনী। অতুগা, সিমদী তাচৌনা হেন্ন খংলিগনি 'তেনগ্রবা অহীংগী মীকুপ অদু নাঙ্খোকখিবনা নং ঐগী পুন্সি, খক তিনশন্নবা য়াগ্রররোই' হায়বসি। মদু তাচৌনা য়ারে। তিনশন্নবা পাম্বীদ্রবা নত্তরদো? হুজীক্তী—। নত্তে, ঐ কন্নিস্ম ইররোই। নংবু য়াম্না থৌনা লৈবদায় কায়নবগী মরমদা? থৌনাদু শিজিন্নদুনা, চেদা, ঐবু শাওহনবা ভম্ব অথীবা রাহৈ খরতং ইদুনা কায়নবগী অরোইবা নৱাহৈ খরতংদি তাহল্লু। হুজীক মদুগী মতম্নী—।"

চেদু অস্থুম্নতা ই। হুজীকস্থু ঐঙোন্দা লৈরমগনী।

ঐনা পুম্নমক নীংশংদুনা চৎলিঙৈ মতোমতা ভাংবা হৌরকই

"মীনুংশি য়াওদবা অদুগা থম্মোঙ্গ পান্দবশিংসিনা তমথীনা ওৎ নৈরকপনা, নমথদুনা থম্বীরবা, হৌগৎপা ভমদ্রবা, অতোনবা মীওইবা কাংবুনা লাওনরকইবা নত্তরা—'ভসিদী তাইবংসি হোঙলে তমথীবগী মশক ফঙলে' অশুক থম্মোঙ্গ শোকপা, অকংবা চরম-শিংগী—অনীকপা খোল্লাও অসি। ভসিদী ঐখোয় ভম্নমক তানরে—। মতম অসিদা লৈখা তাবগী লৈখা তাৱবা ঐখোয় ঈরৈবাক মচাশিংনা মীম্নুংশি য়াওদবশিংসিগা তোৎ-তিন্নদুনা তুকশন্দুনা, লৈবসি চুমদবনী" মহাক্ন হৌরপ মখা তারকই "শুট দি টাইগর—" তপথরকই "নংশু ফারকইবা নত্তরা? ঐখোয়না তমকপা, মঙাশুবগী অঙ্গেজী পরাদু 'মেন মেত এ টাইগর—।' কাওনু। ফনমক মুংশিরুরবস্থু মহাক কৈনি—। মপু চাগে অসিনি। অদুদি কাপলো—অদুদগীদি নুপাদুস্থু নোংমৈ পায়খৎখী—মুং-শিনা য়োকচবা কৈদু হাৎনবা, মশা কন্নবগীদমক, হৌগৎলকই।

নত্তরা ? 'শুট দি টাইগর'— । ঈশা কন্ননবা ! নত্তরবদি, শাহীং চাবা কৈগী খয়াত্ত থরায় থাবা—" হুঙলকই—"নহাকপু পাম্বরা ? থরায় থাবা পামব্রা ?"

ঐ তুমীন্নতা লৈ ( থরায় থাবদী ঐশু পামদে—করিগুম্বদা নীংথীরবী থাবলগী মঙালসিনা মী চারম্বা থোক্লমলবা, থাবলগী মঙালদা, অচীকপা অহীংদা, মীওইবা কনানশু কোয়থোক্লদ্রুনা, নুংশিবা লৈনম নম্লদুনা হৌখিবা পুন্সিগী রারীবু নীংশংনরম্লোই)।

ঐনা থাজৈ ।

(২২)

"ঐখোয়, নীং তম্বা পামমী। ঐখোয়, মীগী খোংনেং খোংনেংকী চৈনা" মহাক্ন মখা তারকই "চৈনা-খাদগী নাম্থোকপা পাম্মী। মরমসিদগী মীওইববু নমথবা পাম্বা মখোয়গী মায়োক্তা ঐখোয়গী অকনবা 'লালহৌ' অমা চংই। মসোমদা য়েঙলুরবদি ঐদী, হন্দক ময়ক তৌরকলিবা মশক লোৎপা কাংবুগী ঈহৌ অসি তাংশঙনা তেংবাঙলীংই।"

ঐনা থামথী।

"অঙৌ— তুমীন নৈখো। খানা মমাংনি।"

"তুমীন লৈসি। ঈমা লৈবাক্তগী চাক চরা অমনা য়াম্ন হেন্ন লুই" হঙলকই "অসি নত্তরা ?" অত্থগা নোকই "হা হা" খংদে। ঐহাক ঈকাইবনা শিখি।

## ( ২৩ )

অতিয়াদা— ।

ঐনা উই, অতিয়াদা থাজ থরানমিচাক তরঙ তরঙ থোকলী ! য়াম্ন কুইনা-কুইনা লংনরুবগা মতোম মতোমতা- নাইতোম্নহৌববী উচেকশিং তরঙ তরঙ পাইরকই। অত্থগা ভমখৈ লৈতনা পাক্লবা, করিগুম্বা, ঈথক হৌব লৈতবা ঈপাক অমদা হিনাওশিংনা অঙাংগী শান্নপোৎ মাম্ন হোম্নবত্থ নীংশংলকই। ভসিদি ঐ নীংশং রাখন্দা চেন্থরকলীবা ঈপাক অসিদগী চীংলোন কয়াগী রাংমদা লৈররে। পুন্সিগীবু অরেপ্পা যুমদা-যমলিঙফম পীভমব্রা—?

"ঐহাক নীংশংলকই, ঐগী চান্নবী অমা লৈরম্মী। ( মহাক কাইনখী। ) মহাক্ল অসিগুম্বা থাবল অমদা ঐবু কোনত্থনা হায়খিবত্থ —"ঐগীদি নহাক্তনি" অত্থগা, মীওইবগী হৌনশা, তুংওইনবা পুন্সিগী ফীরেপতু খংদ-উদা ঐশু হায়খী "নহাকপু পুন্সিগী থক

কায়নবা ভল্লোয় ঐদী।" অতুদগীদি, লৈকা লৈকাশিংদগী শরুক লীশীং হেন্না থোংচ নৌজবী চীনবানহু, ঐগী চীনগীশু চীন্দাংজফম ওইখিবা নত্তরা ?) মহাক লৈরম্মী।'

খারু খারু নোকপা খোঞ্জেল অমা ঐহাক খংতা তারকই। য়াক্লবা খুনোককী খোঞ্জেলদুনা ঐহাক্কী রাখল পুম্বা মচেৎ মশীং থীডমদনা থুগায়ররে। হুজীক্কী ঐ পুম্নমক নীংশংবা থোক্করে। ঐনা হওই—

"অওৌ—"

"কৌরকখিগনু—, ঐনা ভাংখীবহু চুমদ্রা খল্লু।"

ঐ করিশু তাহৌদে। অশুক শাংবসি মহাক করি করি ভাংথ্র-দগে ?

ভাংলমগনি—। ঐদি করিশু তাহৌদে। মরমসিদগী ঐ তুমীন লৈ।

"মতম হৌখরে—" মহাক্ত মখা তারকই—"মতমসিদবু ঐখোয় পংশন্দুনা লৈ য়ারিব্রা—? ঐখোয়গী ঈপা ঈপু, অহানবা মীরোন— শিখি, ঐখোয়শু শিখিগনি— তুংগী মীরোনগীদি ? কমদৌহৌবা—? মহু খন্দবা য়াদে—।"

তুংগী—? তুংগীদমক ? তারকডে—হকচাংসি থক থক নীক্লি ঐহাক।

তুংগী য়েঙলুবদগীনী—। ( তুংগী য়েঙলুবদগী নত্তরা ? কেন্সর থুংবা নুপাদুনা মপুক্সিগী হক্লোইনবী, হকচাং কয়াৎ, কয়াৎ

অমত্তগী ময়েঙ তাবা লৈত্রিবী মাগী ফমশেন্নজরিবী মুপীতুদা—চরমগী তিন কঙনা, য়াঙাং থোক্তনা. মমীংকি পি তানা, তানা তানা, থমোঙ্গ চাক্ল, মায় লৈনা খাংতুনা. তুংগী পুন্সিগীদমক পাও মেল্লখতু—?)

ঐনা নীংশংলকইবসিদী হৌখিডৈ মহাক ঐহাক সিনেমা অমা ইম্ফালদা য়েংমিন্নখি, মতুগী য়ারীনি। (কেন্সর থুঙলবা, শিরনী হায়বা মশানা খঙজরবা কুচু মুবা মুপাতুনা মহাক্কী মপুন্সিগী অমুক থানররোয় থন্ন চেৎন থাগোন্নজরম্বী মুপীতুদা, মুপা ওইবগী মথৌনা পুম্বা মাংখরবা শক্তমদা, থম্মোঙ্গ শোক্ল হায়খি—।

"ঐহাক্কী, অমুক হল্লক্লরোইদবা পোৎশক অমা ঙাইবদা, নংগুম্বী অমগী, নৌরিবী পুন্সি অমবু ঈরায় লায়না কেমহন্দুনা মাংহনবা, ঐখোয়গী চৎনবী অসি পামজদে—। কদায় ? মায়তু ওনশল্লকউ 'অঙাংবা শিন্দুর' ঙসি ঈখুৎমক্লা মুথৎলমগে—. অতুগা মৌওইনবী থুদম পক্তরবী, নংগী, চহী তরামঙাগী নৌরিবী লৈশাবী মচাদগী হেন্না নৌরবী, থোৎলবী শক্তমতু ঈমীংনা অয়োইবা ওইনা অমুক্ত য়েঙলমগে—" মুথৎকে তৌখি "নমায় ওনশল্লকউ।"

মতমতু—। থম্মোঙ্গ কাইনবগী মশক ওইখি—। মুপীতুনা, অশাৎপী লৈরাংনা য়োমলবী, য়াম্ন থোৎচ নৌজবী লৈশা'গী মতৌ, মপুরোইবগী মফমদা মমায় নৈশঙ্খতুনা, মখুৎন তমথীবা কাইন-পাওদম তমলিবা মপুরোইবতুগী থরায় পান্দ্রবা চীনবান থক থাতুদা তপ্ন শোক্লতুনা হায়জখি - ঐ নীংশংলি।

"অতুম—। অতুম্ন থক পাওদম্বীগমু—। ঐবু থাদোকপিগমু"

মুপাহ্ন করিশু থুমখিদে। তরঙনরবা মমীৎতুনা তুংদা ওইহৌ-গদবা মহাক য়াওব্রবা ভেংবানবগী মশকপু মুন-মুন য়েঙখী—।) সিতনী।

নীংশংলুবতদা, হকচাংসি, নীরুীংঙাই ওইদ্রিবরা?

# (২৪)

ঐহাক করিশু ঙক্রে। ফাকম থোকই (মফম অমস্তুং থুদোং চাদ্রবা মতমসিগী মতুংইন্ন) ঙাক শেল্লিবা কাংবুনা, মতমগা চানদবা রাহৈ অকীবা লৈতনা ঙাংলিবা অঙাওবা ঐগী মরুপ, অমস্তুং অথান্বা য়াওদনা, মাবু করিশু থিংদনা তাহুনা চৎমিন্নরিবা ঐ, ঐখোয় অনীবু ফাকম থোকই। মরমসিদগী, ঈথং থংহৌদনা মা ঐ পুন্ন ঈম্ফাল থানাগী মুশি-মুশিবা মৈঙান অমতং থানবা কাহ্নদা ফাজন্দুনা লৈদম্বতুদা ঐহাক, 'করিগীদমক্ত ঐখোয়বু ফারীবনো?' হায়না অঙকপা পোকখিদে—। অহুবু ঐনা হায়নীংবা রাফম অমতং লৈ, মহু তারবদী মখোয়, ঐখোয়বু থাদোকফম পোক্তররা? মহুশু ঐদি থংদে।

তুমীন তুমীন লৈনরিঙৈ শংগিন তোপ্প নোংমৈ অমা চেৎনা পায়তুনা— ঐখোয়বু শংলিবা দারুগাতুদা অতোপ্প দারুগা অমনা পাও পীরে। ঐখোয়বু শংলীবা দারুগাতুনা হায়রকই।

"সোম তাদবু" ঐঙোন্দ হায়রকই "ও,সি, সাইবনা কৌরি।"

"ঐবু—?"

"অহোয়—"

ঐহাক ও, সি, সাহিবগী কাদা চংই।

"কে, পি, অদোমগী মিংলা ?" হঙলকই।

"অহোয়"

"অঙৌ হায়রিবসি অঙাওবরা ?"

"মান্নি, হোয়"

"করিগীনো" মানা য়াম্না হৈনদনা হায় "অশুক মথোং চাদবা মীগা অসিগুম্বা, অথিংবা ৱারীসি শাতুনা লম্বীদা চৎপীরিবসি ?"

ঐ তুমীন লৈ।

"য়ারবদী —অদোম্ন ৱাশিংসি অমুক ঙাংহনবীরগম্ন —। ঙম্বীরোই হায়রগা মহাক হুজীমক ফাজঙ্ঘহোরগে —।"

"ঐ পুজগ্রগে। ঙাংদনবা—"

"পুবিখিবনা ফৈ—। অমুক ঙাংহনবীগম্ন—। অক্তৈ ওফিসার তানরবদী কয়া ফররোই—তুমীন পুতুনা চৎপীখো—।"

"ফনী—"

নোম্বখি—। ফোন থাংগৎলী—।

"হেলো— ! ও ! অতুদি, মখোয় অনী থাজররুগে—।

হোলদার চাওবগা —?''

"চৎচরগে—"

"লেংখরো, লেংখরো"

নোম্থদুনা লাইরিক ইহৌই।

অকীবা লৈতে হায়বা ঐনা করিগীনো ঙহাক্তংদুদা য়াম্ন চোং ফমবা ঈচাবু মীৎতা—শং শং উথ্রিবত্থু ? ঐ হুজীক্ত নীংশংলকই। ঈশানা খংদবা —থম্মোঈদা করিবু লৈবনো ?

( ২৫ )

মহাকপু রা ঙাংইন্দ্রে—।

চেকশম্ন শেন্নদুনা পুরকপনী, অদুবু, ঈখং খংহৌদনা মহাক্ক ফায়নরমদাই লমফাংদুদা (কৈশামপাৎ থোং রাংমদা' চপ লেপলুরগা হায়রকই।

"ঈবানিবু ফারুরবদাই—?"

"ফারুরে"

"উস !" মানা হায় "থুনা থাদোরকথ্রেদা।"

নত্তে, মীনা ঐবু ঈকায় খুম্নবীরমবহু মাংবদি— ! মতুশু শরুক খরা হেন্না ময়েঙ তাথরকপতনী। পাংগননী, অতুগা লিংজেন্নী, মাংহৈদবদী ! মাবু মাংথ্রবদি ? পুন্সিসি মাংলবনি ! পাংগন মাংহনবদি য়াদ্রি। চৎলগে—।"

"ফরে চৎলো।"

মহাক চৎখরে।

থানিল'নবী থাজনা, থাজগী মঙালনা, অতিয়াদা লুপা—কুদোংলী। ঐ, মাবু য়াম্ন তাম্না য়েঙহুনা লৈহৌই।

ঐগী লম্বী মাগী লম্বী ! পুন্সিশু !! পুনশনবা থক য়াদবা ?

## (২৬)

মুমীদাংহু ঐহাক য়ুম' য়ৌনা অহুম লাক্লে।

( ঐগী মুপীগী মবুংদী, য়াম্ন নৌনা ( হন্দক্ত ) ফম চাওখৎলকলীবা মীশক অমনী। মহাক্কী মমীং মায়পাক কৌই— ! ফম কাখৎলকইবা অসিদগী মহাক্কী মহৌশাগী খংনরকপা মমিং 'ওঝা মায়পাক' হায়বতুগী মহুৎতা মায়পাক 'দি, আই, সাহেব' হায়না শোয়দনা খংনরক্লনি— । )

ঐনা, মহাকী ফম কারকপসিগী মরমদা অশুম খন্থরুরিবগী মরমদি ঐনা য়ুম হেক চংলকপগা, অরাং থঙবদা লৈরিবা ঈয়াম্ব-শিংগী অঙাং মুবীগী কপ্প লাওনবা, মেচীন থাবা শগোন শামু, কার. অমদি ত্রেক্করনচিংবা অঙাংগী শান্নপোৎশিংনা ( ক্রেক ক্রেক, ক্রেক, শ্রিৎ-ৎ-— । অশুম্ম থোক্করকপা মেচিন হন্দো-রকপগী ) খোঞ্জেল, অমদী, লুপা চহুম য়াংখৈ পীদুনা দারজীলীং (দার্জিলীং) দগী লৈরকই হায়রিবা, ঐগুম্বা লাইরবা অমগী ( ঈতু-ঈচা-ঐ) ইমুংগী নোংমগী ওইবা চাক'চা শেন য়ামত্রবদা লুপা তরুক মুক) চাকচা অমুক্ত চাহন্দুন য়োকলীবা, মতু চোম্বা হুইদুনা য়াম্ম থোঈনা-থোঈনা ঙংদুনা খোঙলকপগী খোঞ্জেল, খোঞ্জেলশিং অসিত তাখী । ঐগী ঈমুংদী খোঞ্জেল অমত্তগী মপু ওইরমদরে— । অপীকপা পোদোন অমতংদি থানলক্ষী— । অ:থংবা, মুমিদাং ওইরক্লবদা ঈতু ঈচা অমতশু লৈরমদবা ! ঐহাক করিশু ঙকখিদে । ( ওসি অসি মবুংন মরুপ মপাং খরা চাক কৌব্রি হায়রী—মতুগী থবক নোম-খোংনব ) মহাক মচাদুগা মপাম চংখী !

লাকনি— । লাক্করবদি— ? ঐ থাজদে মতু- । অদুক ঙকপা পুন্সিগী মতৌ অমশু, রাবনা ঈপা লৈত্রবা ঐঙোন্দ শরুক ওইনা থুঙলমখিগদ্রা— ?

অতুবু তম্বা ঙমদ্রে — । মসিদি চুম্মী—তাইবং, তম্ব ঙমদে । তম্ব ঙমদবগী খুদম খরা—

(১) পোকপদা ঙায়রিবা অঙাংগী মীৎ নহাদগীগু শরুক য়ান্ন শীকথ্রবা মাইরেল মরুদগী, লৈবাক ফাওবা (থাঙ্গনঙৈ) গানথী মেলাদা য়েঙবা লাকলিবা রাখল লৈরবা মীওইবা লীশীং লীশীংবু ঙকহনবা ঙম্বমখৈ চাওরবা, মাইরেল অমা পাল্লক্তুনা ফমফম চাওনা কন্দুনা লৈরগনি হায়বব্ থারুরিবা মুপাদুনা খলমগন্না ?

(২) পোৎ ললোনবা লাকপা কাংবুদুনা পাক চাওরবা ভারত, মখোয়গী ললোনশেন ওইহনখিবদুনি — ।

(৩) য়াওগোনশংদা পোকখিবা ময়াং কংবা, য়ান্নবা মচা ওইগনি খন্দুনা রাজরুবী মমা অমনা পোকপা অঙাংদুগী মখোং-খোংয়া থাদা—ঙসি অশুম খুবম্নরগনী—কনানবু খংখিবা— ?

(৪) অদুগা, পাক চাওরবা অঙগ্রেজ লান্মীশিংগা লান্থেং-নবদা পুন্সি মাংখিসন্নু খন্নরম্ব মৈতৈ মচাশিং— ঙসী তৌরিবসিনি।

তেংবানবসিদি শম্নাতগু থাজফম লৈরমদরে। পুন্নমকসি য়েঙলুরবদী —ঐগুম্বা অমগী মুপীনা মচাদুগা লোয়ননা, মপামদা য়ুমসিদা অমুক হন্ন খোংদারক্লোই খনখিদুনা হল্লক্তবদি —করিগু ঙকপা নত্তরে। ঙরুফম ওইদরে।

মুমীত্তু ঐহাক ইমুং চঙলে। ঈতোমতা চৌক্রোদা তুমীন ফমদুনা লৈখী।

ঐগী তমথীবা রাখন্দু— ! থম্মোঈ অসি কায়খী ঐ।

ঐগী নাকোংনা তায়। থম্মোঈ ফুকপা, য়াম্না তমথীবা খোঞ্জেল অমা। মুপী অমনা ঐগী য়ুমগা য়াম্না নকুবা মরুমদা (থোঙ্গান্দা মাল্লি) থমোঈ য়াম্না পনথ্রবী মতৌ, মকা লাম্না

নোকপা, খোঞ্জেল অমা তারকই। (নুপীজা ওইবীশিংগী মকা মীনোক্কী খোঞ্জেলবু য়াম্ন তমথীবা,—খোঞ্জেলনি হায়রিবা ঐবু ঙাওরবরা ? নত্তরগা, মীওইবশিংগী খোঞ্জেলবু সিনা'সি কৌগদবনী হায়বা থংদবা—থা, থরানমিচাক্কী তারকপা অনৌবা মীরা ঐবু—? ঐ করিগু নত্তে। ঐহাক মালেমসিদা পোকখিবনি, মালেমসিদা চাওরকপনি। মীওইবশিংগী চংনরোন, ওম্নমক থংই। ঐহাক মীওইবনী। অরাবা, হুংঙাইবা তমথীবা অদুগা মকা লাম্বা —খোঞ্জেল থুদিং, মখোয়গী মমীং মথাগা লোঙ্গননা ঐহাক মশক খংবা মীশক্কী। অদুবু, ঐহাক হকচাংসি থক থক নীকথী, রাখল মাংথী, চরমগী তিন কংথী, মীং মমথী। ঐহাক, পুন্সিগী লোইনবীন্নি, ঐগী পুন্সিগী পুন্সিনি—, লৈজদতুনা শেত্ত-চাত্রবম্ন ঐগী মায়থোংতবু য়েঙজরগা চাদবতনা হাপ্লবা মপুক্কী পেন্নফম ওইরমগনি খন্দুনা, য়াম্ন রাখল চাওনা থমলিবী ঐগী য়ুমগী নুপীনা ঐনা তাগদবা মফমদা—. মপুরোইবা ঐগী য়ুম্নাক্ত—, লমলানবা নুপা অমগা চিরোম্নবা রারী শানমিন্নতুনা, থরায় তানা-তানা নোকলবরদবু লীশীং লীশীং মকা লাম্বী নুপীজা ওইবীগী নুংশিরবী মীনোক ওইসনু—তেংবানগী চংনরম্বা খোঞ্জেলগী মিঙংগৌদু ঐনা থুগায়গনি, অদুগা, ঐনা খোঞ্জেন্দুবু খ্নাইদগী তমথীবা খোঞ্জেল হায়না কৌরমগনি) য়াম্ন তমথীবী খোঞ্জেনসি হেক তারকপগা, ঐহাক, পুকফত্তবা, মীরা-মীপাও য়াম্ন তাগন-ঙাংগনখ্রবা নুপা অমগুম, ঈমুংদা, না থাঙগত্তুনা রাহৈ অমা অনীদং তাহৌনবা তুকশন্দুনা লৈ—।

ঐগী নুপীনি, ঐগী নুপীনি। ঐগী নুপীনি। শেঙলে।
"কৈদৌগে অহুবু—"

( মহাক্না করিনো অমা হায়থ্রমাল্লে। হায়খ্রে। ঐ তাহৌদ্রে। )

"লেঙঙো অহুদি" ঐগী নুপীনা হায়—'নত্তরগা শম্বল ৱাংমসিদা লৈবীরম্মু। হোরেন—নোংয়াইগী অহুরাইদা ঐহাক থোরক্কে। নোংঙাল্লগা চৎখ্রো—।"

"অঙাংদি – ? মপাদি—?"

( অচুম্বা ৱাহংনি—নুপাসি কনানো ? অচুম্বা ৱাহংনি মসি। )

"মাহোই তুমখ্রগা থোরক্কদৌনিদনা—।" ঐগী নুপীনা—। (করি ! থৱায় পান্দবা, হুগুম্বা ৱাহৈ ঙাক্ত ঐগী নুপীনা ঙাংলে। "অহুগু কিরবা ! নুপা নত্তগুম্নী !" য়াম্ন চান্নখ্রবা, নুপীগা খোজেন্দু !

( শিখিবনা ফৈ। থৱায়—! চৎখো—! তমথীবা লৈবাকাস থাদোত্তুনা চৎখো ! তমথীবা লৈবাকসি থাদোকখো—হকচাং পোলাঙসি হুন্দোকলমলো। চেলহো ! কৈদনো ! না পংবা নুপা ওইনা পোকলুরো চৎলু। )

ঐহাক—মশক্তু অমুক য়েঙনীংলুদ্রে—। ( য়েঙবা ঙম্মোই। লৈহাও লৈরেন্ন শমগেনবী শমজাবী মনম চেল্লম্বা থোক্লবা, হায়ধু, কনানো, করম্বা শাইনোন চুমহন্নীংদবী, মশমবু থওইদবী লৈশাবীনো—, লৈহাও লৈরেনবু য়াম্ন হরাওনা শাইনোন লৈতেংনগদবীহৃ ? ওইরোই। ঐগী নুপী ঐনা থল্লুবগা ওন্ন-তৈনরে। থমোঙ্গ পাল্লমদরে—। ঐহাক মাবু য়েঙলম্বা পামদে—) য়েঙনীংদে। মরমসিদগী, মহাক্ন ঈমুং চংলকত্রিভৈদা ঐহাক্, ঐগী কোটগী ফুরীংখাওদা থেৎপা ফাউনটেন্ন, ফাউনটেনগী অমুবা মুকী মহী চেনবা

মচীন্ন ঐগী ঈমীৎ অনীমক্ত হন্ন হন্ন থীনজঞ্জতুনা লেপত্রবা অঃাংবা ঈ ( ঐদী উখিদ্রে ) গী মপৈ মপৈ তাহন্দনা মীৎ তাংহঞ্জরে—। চৈনাতু খাংবদা ঐ করিশু ৱাখিদে—। অতুদগী হেনবা অৱাবা চৈনা, ঐগী থমোঈদা ফুখী। ফুমতুনা লৈরী।

ঐগী ঈদূ ঙাংলমখিগদ্রা— ?

ঐ খংখিদ্র ।

অশুন্ন ঐ মীৎ তাংবা ন্নুপা হায়বতু ওইতুনা লৈ।

ঈতু ঈচা— ? খংদে—। মীৎ ইমম মমথী—। লৈখি হায়বশু কাওখি।

ঐগী চা-ননবা চেং কনানশু পীবীরদে।

মতমসিদা, ঐগী ৱারবা মতমসিদা, ঐনা ঐগী অঙাওবা মরুপতু ঈনাক্ত হরাওনা নোক্নুনা লাকপা থেঙনখি—। মহাক্ল হায়রৈ "ৱাগনু—ঐহাক্ল নীজরুববদি মীপুম তিঙনা পীনবি-ৱকই—। পীনবীরকপা পোৎশিংতু নহাক্ল চাও—।"

"নঙদী "

"ঐগীদি, হোটেল হোটেলদা, মপুক পাথ্রবা মীশকশিংগী লৈমলম্বা অরেম-অপাতনা, কনাদগীশু মতেং লৌদনা পুক থনবা ঙম্বা মীশক্লী।"

( অতুদি ! হয়ীংগী পুন্সিনিদনা — ) ঐনা থল্লি। তুমীন লৈথী —।

থোং গে লাওনা হাঙদোরকপতুনা ঐহাকপু ঈঙক হাই-গৎহনখী।

ঐনা ঙক হাইগৎতুনা য়েঙই।

"কয়াম কুইরে—হনবীরকপা ?"

ঐনা ঙকখী ( করি ব্রাহংনো ? ঐবু কয়াম কুইথ্রবগে ? চহী কয়াগী মতুংদনো অমুক থেংনব্লব্রিবসিনা— লম য়াম্না হেনবা, মখোং য়াংথ্রবা, ঐগী ঈতোমতগী ব্রাথন্ন ঐবু পুরবরা ! কনানো সিবু ! ( ঐন মুন্ন য়েঙই ) ঐগী নুপীনি। ঐবু মীৎ তাংথ্রবদাই ? ও ! ঐবু তমথীবা ব্রাহৈ য়াম্ন তাখিবদাই ? ঐবু, অঙাওবা ঐগী মরুপতুনা য়োকপীথ্রবদাই— ? ; ঐনা, ঐগী অঙকপহ্নু উৎতুনা মঙোন্দ য়েঙই ।

ঐগী নুপীহ্নু অঙোবা ফিনা কুপ্লকপা চাক্ত শামুক্ত নীংথিনা থমলুরগা ঈনাক্ত ঙক্ল চংশল্লকই। হঙলকই।

"করি তৌবীরবগে— ?"

"কৈশু তৌদে— ।"

"চাক পুরক্লী—, তাচৌনা পুখো পুখো হায়মন্দনা।"

"চাক !!"

"হোয়—" মহাক ঙক্ল য়েঙহুনা লৈ ঐবু ।

ঐহাক তুমীন লৈ। করিশু ঙাংলমদে— ।

( ঐহাক্ল করিগীনো অতুগুম্বা হাথুবা ঈখোঞ্জেল, অশাংবগী মহুৎ, য়াম্ন তেনথ্রবা খোন্থোক অতুগা চরাম্নবা ঈতৌ পুবা, য়াম্না ঙকথ্রবা ব্রাহং অমা শীজন্নহুনা মঙোন্দ হঙলুবহ্নু ? চাক হায়বহুবু পুন্সিদগীশু হেন্ন তাংবা অরুংবা পোৎশক অমগুম ! ঐ হুজীকশু খঙদ্রী। অহুবু ঐহাক থাজবা অমতংদি থম্মোঈসিদা ঙসীশু কোক্তনা লৈরী )

'তেংবানবসিদা, অনৌবা তমথীবা, মুগুশীং অমদি শীংলাক্ল।'

## (২৭)

চহী নীফুগী মতুং ঐনা অশুম খনগনী—

( অহিং অতু অশুম্ন থোকখী। ঐগী ঈরম্নাইগী রাখন্ন ঐবু অশুম্না তম্নখি। করি মরম অতুক তমথীবা রাখলগী ঈপাকুদা ঐহাক্ল তাওরুবনো হায়বা, ঐহাক ঙসীশু খঙদ্রে। মীওইবগী রাখলবু রারক-রাতেম য়াহৈব্রা ? সিতদি খঙলে।

ঐবু, ঈতু থাজদবগী অতুক তমথিবা ঈরাখল পোকহনখী, মরমদি লমচং নাইদবা মীওইবা মরকসিদা ঐগী রাখন্ন হিংহনা লৈ।

ঐবু চরা হেনবগী রাখল পোকহনখী—, মরমদি, চারা কংদ্রবা পুন্সিশিংগী হীক্ল-হীক্ল কপ্লবা পুন্সি-লক্ল, ঐগী রাখন্ন, তত্তনা থেঙনহনা কোয়হনা লৈরে।

ঐ, ঈশাবু ঈশানা অতুক তোম্হনা খঞ্জবা ঈরাখল অমা অচীংহুদা পোকহল্লে, মরমদি, মীওইববু নমথবা পাম্বা লমদমসিদা ঐনা শিঙম-নাঙমদনা, ঙসি ফাওবা হিংহনা লৈরে—।

ঐনা, ঐগী নুপীবু ঙক্ল য়েংলে—(ব্রাখন্দুদা) মরমদি, পুক্নী লান্দা, মপুরোইববু হঙগী লাইগুম খন্দোক্লরবী, ময়ুমগী নুপীবু, থরায় পান্দবী অয়েকপী লাইগুম য়োন্থোক্লুনা চরা তান্নবা নুপা অমসুং নুপীনা থল্লবা লমদমসিদা, ঐহাক্ল, ঐগী মুপীগা চান্ননবা লৈগনী, তেমশীংহ্নুনা হিংলরে—।

সিদগী হেনবা (অহীংহুদা, করিগীদমক্ত অতুক তমথীবা ব্রাখন্দুদা ঐনা তাওরুরিবনে হায়বগী মরমদা) অতৈদি ঐনা করি খংগনী ।

ঐদি করিশু খংদ্রে ঙসিশু ।

অহীং অতুমতংদী ঐহাক কাওঙমদ্রি ।

ঙসিদি, ঐ ঈশাগী চহী হুমদ্রা তরুক শুরে। তেংবাননসি হোংখরে। ঈরৈবাক্ল, অশুম-অশুম খোঙ্জেল থোক্ল কপখৎলকই, অতুগা, ঈরৈবাক্কীদমক্ত, ঈরৈবাক্কী য়াইফ-থৌদাংগীদমক্ত ঈচং থৌনা শরুক য়ারমগনি খল্লম্বা মীশক ঐহাক্ল করিশু তেঙমদনা অশুক শাংবা পুন্সিগী মতমসি থম্মোঈনুংদতা ওমচাক্লজহুনা চৌহনখরে। মসিদি পিদাম্নরকউ মপোকী খুদম নত্তবরা? কনা অমত্তনসু ঐগী শিরমদাইগী পংশল্লবা ঈনাকোংসিদা ঈরৈবাকী ঙইবা, মরৈবাক নীংবগী ব্রারী অমত্তসু শাবীরদ্রে—। অঠুগুম্বা ব্রারী পামজবা মীশক অমনি হায়বসু লমদমসিগী মীশক মীওই অমত্তনা খংনবীদ্রে।

পোকপদগী চহি হুমকুতরাগা তরুক (৭৬) শুরকপা মতম অসি কয়াদা শাংথ্রবনো—! ঐবু, শাংথ্রবা পুন্সিগী মতমসিদা

ঈমালৈবাক, ঈবৈবাক, মাগীদমক্ত করি তৌগমখ্রবগে— ? খুৎ থোকপা থোদাং অমত্তসু য়াখিদমাল্লে খঙ্গে। থম্মোঈদা ফুমদুনা কদৌনী— ? ঐসু থংই—, পাকুবা লাইরিক্ত য়াওরম্বা খোংনেৎ-ঙমদ্রবা লৈকংলা অমগীদমক্ত 'ওম্বোক্ত শাথ্রেদা' হায়না লাইরিক পারিবদুনা, তোঙনবা মঙক শাংবা উং, কদৌঙৈদসু লৈরম্লোই। অত্তিয়াদা মুমিৎ থোকই—, লৈচিলনা মরোন থানা খন্দুনা মশক উহন্দ্রবা কোরোহনববু কিদুনা কনানা য়েমপাক খনগদগে— ?

ঐ শিগনি — ?

মতমদুদা. মৈ থাদোকখ্রবা ঐগী হকচাংগী উৎ মপৈনা তিন-শনফম্ম লৈমায় মথক্তুদা ঈচা ঈশুনা পীকখ্রবা ফুরা মচা অমতং শাগংসনু —। মদুদি মোহোয় শাগৎপা য়াইনা।

শাবা ওইসনু। মদুদা মহোয়না করি করি থাগনী ?

(ঈপা ঈবুঙো—। ঐবু পোকপীরম্ব .....। ঐগী ঈপু-রোইবা .....। লাইরৈবাক তানখ্রবা .....।) অদুবু, ঐদি অমত্ত পামজদে—! (মরৈবাক্তীদমক্ত— থরায কৎখিবা ....। লৈখিদ্রবা লৈবাক্তী মনাই, ( অদুগা ঐগী য়ুম্নাক, মিং .....।) লৈবাক্তী মপা, (অদুগা ঐগী য়ুম্নাক অমসুং ঈমিং) মসিশু ঐহাক পামজদে—। ঈতীক নত্তে।)

ঐদী না পংলবনী। ঈমা লৈবাক্ত অশুক হোৌনা হোৌনা কপ লাওবাবু করিশু তাশিন্নদনা লৈবগুম মতম চুপ্পা তুমীন্নতা লৈর-বনি—। ঈশানা থংজে—। মরমসিদগী—করিগুম্বা, ঐবু মুং-

শিবীতুনা, ঐগী মীরেমখাক হায়বতু ওইতুনা মৈ থাতুনা উৎ ওনখ্রবা হকচাংগী, উংকী মপৈনা তিনশিন্নথ্রবা লৈমায় থকুন্দা মখোয়না ফুরা মচা অমত্তং শাগৎপীবা থোক্লবা, অতুগা, ফুরাতুগী পীকথ্রবা চেক্তী ফক্লাংতুদা রাহৈ পরেং থরতংগা ইবিগে খন্নরক্লবা— অসিতং নীংশংনবীরকুবতু পীনবীসনু—মখোয়দা।

"না তাথীবা অহল অমা"

ঐগী পোলোয়ফমদা মখোয়না হৌগাম মরু থরত্তং হুনজন্ন-রমগনী—। মতুমতংগা ঐ পামজে—। শোয়দনা হুনজন্নবীবা ওইসনু। হৌগাম মরুশিংতু হম-হম চাওখৎনতুনা মকা ফন্নরকসনু, অতুগা, লৈবাকসিগী লাইরবা ইমুংশিংদা য়োকচবা মতীক চাবা শক্তীক হুনওন্নদ্রবা শন য়াংগংবী মপী মচা অনীদংনা হংগাম পাম্বীশিংতু মপুক পেন্না চানজহৌসনু—।

চৎনবীগী মতুং ইন্ন মসি কাওবদংদি—মখোয়, ঐভোন্দ ভোবীরক্লনী খল্লি। অতুগা ঐনা হরাওজৈ।

অমুকস্তু কিজরকই, 'করিগী অশুক হরাওবনো ঐনা—? মীওইবগী মরমদা ঐনা কয়ামুক খংতুনা অশুম হরাওবা ঙমজগদো-রিবনো—?' খল্লুরবদী, হরাওফম ঈরৈ লৈতে।

তশেংনমক, মীওইবগী মরমদা খংবসি—য়াম্ন রায়।

—লোইরবা—

# পাচাগী অতৈ লাইরিক

---

★ হয়াদ বেগম

"হয়াদ বেগম নুংশি নুংঙনগী ৱারীনী অদুবু ৱারী দি অচম্বা ৱারী নত্তে।"
"তুরেলগুম পন্থদনা চেন্থ্রবম্ন লৈকোনগী লৈরাংগুম্না মতাং খুদিং নীংথিবা ৱাখল পোকহল্লী।"
"ৱারীগী স্টাইল য়াম্নমক নীংথীজে।"

ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফাল

---

★ না তাথীবা অহল অমা

"মায়কৈ খুদিংমক্তা পেন্সন অমসুং নীংবা কায়বনা লাঙোই চনশিল্লকবা শাউরবা নহা অমগী মীৎয়েং ময়েক শেংনা ফোংদোকই। মতমগী লৈঙাক-লোয় অপেনবা পীবা ঙমদ্রবা পুক্নীং লৈতাদ্রবা. সমাজগী অমোৎপা মরক্তা ঈরাক্লবা মীওই অমাগা নুংগী তাগবংদা কুমথত্তুনা ইন্নর ফক্রপিরিয়েন্স পুথোক্লবা হোৎনবা পাচাগী অনৌবা খুৎইনি।"

মিংশেল

---

★ ইজ্জত

"ইজ্জত (১৯৭০) অসিদি Romantic Novel নি।.........................
পাওখুম ফংলরোইদবা নুংশিবগী ৱাহং কয়া হংঙী মানা অপাম নুংশি মৈথুলক্তা ঙাওরবা কয়াগী। পুন্সি হায়বসি তম্বা ঙমদে, নুংশিবা হায়বসি অঙাওবনী সমাজগী চৎনবীনা মখোয়দা চংদে........................."

মিংশেল

---

★ ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশীং নুংশীৎকী ফীভম

"মনিপুরী সাহিত্যদা পুন্নো নৌবা মওঙগী উপন্যাস খুদোলনি। য়েক্লিবা পুম্নমক মাইকৈ অমদা নপ্রগা অমদা লৈখা তারক্লবা, পৎথ পুমথরক্লবা সমাজ অসিগী মশক মক্তনি—"

ৱাখল

---

# পাচাগী অতৈ লাইরিক

---

## ★ অনোবা পাও অমা

"উপন্যাস অসিদা ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সিদা অশা তৌবা—মরু ওইনা ফজবা নিয়ম নাইরবা পুন্সি মহিং অমসুং চাং-চিন্নবা হিংবা হায়বদুদগী ওন-থৈনবা ফল ফংলকপা মতমদা হিংলবা ঐগী পুন্সিগা তায়শিন্নবা য়াম্না ফিভম অদু উৎল্লী। মদুগী ফলনা ঐখোয়বু নাওকোল্লীবা পুন্সি-সিবু তুক্কচরবই অদুদগী মসিনা মরম ওইদুনা তাইবং মীওই পুম্নবু নোংবা কায়না তুক্কচনা উরকই।"

মিংশেল

---

## ★ লাংগোইনাই

"লাইরিক অসিদা পুংখৎলক্লীবা প্রোব্লেম অসি মফম খুদিংদা মতম খুদিংদা চুমগনি, এপ্লিকেবল ওইগনী হায়বগী ক্লেম অমা পাচানা তৌরী।"

খাতু

---

## ★ লম অসিদা ঐবু থংবা অমতংদি থোরক্পা ফৈ

"পুন্সি অসি রাহং কয়া হংদুনা শাম্নবদা ইতোমত পাওথুম পিজবা তাই। পুন্সি মশক তাকপা অসি Universal definition না য়াদে ঈশা ঈশানা পুন্সি মশক তাকচবা তাই। ইশাগী definition পীজবা তারে। (থিমাদি) Loneliness নী। পুন্সি অসি melancholy ওইবা হেল্লকই। (রারীদি) Artiste, Painter অমগী রারীনা।"

মিংশেল

---

## ★ পিগী রারী

"উপন্যাস মচা অসি চুংশিবা তমম্নুং ধর্ম তনী য়েংনরগী লাক্লেংনি। লাম্বেং অসিদা ধর্মগী অশেংবা মশক-কন্থোকপা, শ্রদ্ধা উগনি; অদুগা পিরোইনরবা থম্মোয় থুমহৎলবা নুংশিবগী শক্লোন অমসু থেংনগনি।"

সাহিত্য

# পাচাগী অতৈ লাইরিক

★ থানিল

"য়াম্না রোমান্টীক ওইনা শাগৎলক্লীবা উপন্যাস অসিদা পাচানা য়েকলীবদি চরিত্র অনী অসিগী নুংগী শকলোনশিং অতুনী-মতুদি-পাইরিবা লৈচিলগুম্ব মথল মথলগী শকুম লৌতুনা উপন্যাস অসিগী চেনাশিংদা উবা ফংই।"

পাচা অমস্তুং মাগী সাহিত্য

★ কলিমায় মমাংদা লাইবক কৎপস্তু য়াওই কত্তবস্তু য়াওই

"মীওইবনা লৌনরিবা থাক্তবগী রাংমদা থোক্লীবা থৌদোকশিং থরা বিধু কৌবা নুপা অমনা হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোক নিংশিংবগা লোয়ননা উৎলকই।"

সেমিনার, পাচা মীতৈগী উপন্যাস




দি পাচ পাব্লীকেসন্স

সেগা-লম্বী, থৌদাভাবোক লৈকাই

ইম্ফাল, মনিপুর, ৭৯৫০০১

লাইরিক ফংফম—

সৈত্য বুক হাউস

লক্ষ্মী বাজার, ইম্ফাল, মনিপুর—৭৯৫০০১